# হুঁ সিদবা

মীতৈ মরুপকী, অপোকপা মরুপকী। মীতৈ মরেক লাজবা খোঁপুবা কাংলুপ্পা মরুপ [illegible] লাইনিং অহল ইবুংঙো ফুলোশা কেংহিরম্বা মী[illegible]হোঙম বাকি [illegible] মীতৈ লৈবাক্তা অমূক উনম তৌজবা।





[illegible] ৪০ শুবা

উনম তৌবা — থা-কালেন, থাবুং ১৯৮৫ ইং

লাইরিক
মশিং— ১০০০

মীয়ামগী নুমাই
নোংথোম্বম নরান
লুবাংশংবম।

লাইরিক শনদোকপা

১। কোলম কুলাচান মীতৈ

২। মীতৈ লৈমা ম্রাসে লাইরিক শনদোকপা

# মীতৈ হৌভম বারি

১। মীতৈ হায়বা বাহৈসি মী + অতৈ হায়রিবা বায়েক অনিসিনা সুপথিজনা ওইখিবা বাহৈনি। মীতৈরোনগী বাহৈ পুম্নমক থোকপ্রিবসিগী মরি মথোং থংনভমসিদি মীতৈগী বাহৌরোন হায়রিবসিনা থংনভম লাইরিকনি। ময়াং মরোননা 'ব্যাকরণ' হায়রিবা অহুগা অমতনি। মীতৈ হায়বা বাহৈসিনা ওয়থিবগুমনা মী+অথোইবা = মীথোইবা, অসিনচিংবা বাহৈবু মীতৈরোনদা মপান নায়দনা লৈরিবনি, হৌজিক্তা মীতৈনা হায়নরিবদি মীতৈ সিবু 'মৈতৈ' মীহৌরোনবু 'মৈহৌরোন' অসুমনা হায়নৈ মসিদি মীতৈগী বাহৌরোননা ফংখিব্রবা বাহৈনি। মসিবু চুমমি চুমদে হায়বসি অথংবা অহৈবা ইবুংঙোসিংনা য়েংবিগনি। ময়াং মরোমনা 'ব্যাকরণ' হায়রিবসিনা ময়াং মরোনগী বাহৈ পুম্নমক্কী হৌভম মফম থংবা ঙমনৈ। মীতৈরোনগী বাহৈবু ব্যাকরণনা পুথোকপা ঙম্নগী মথৌ লৈতে। 'জল' হায়রিবসিগা 'ইছিং' হায়রিবসিগা লোন অনিসিগী হৌভম সাংফমদি অমত নতে হায়বসি পুম্নমকনা থংনরিবনি। বাহৈ অনিসিগী হৌভম সাংফম মান্নব্রবসু পোং অহুদি অমতনি, মমিং তোঙানজরুবদনি। ব্যাকরণ হায়বসিনা 'জল' হায়বা বাহৈসিগী হৌভম মরু পুথোকপা ঙমমি 'ইছিং' হায়রিবসিদি ব্যাকরন'না পুথোকপা ঙমদে। ব্যাকরণগুম্বা মীতৈগী বাহৌরোন'না মত্তু'না 'ইছিং' হায়বসিগী বাহৌ থংবা ঙমদে।

২। মীতৈ হায়বা মিংথোনসিদি করম্না থংনরকপগে হায়জনা থিনরকপা মতমদা মীতৈনা মসানা মীতৈ হায়না থংজে। চিংগী

হাওসিনংঙ্গু মীতৈবু 'মীতৈ' হায়না কৌরি। অস্লুমনা মীতৈ হায়-রিবসিবুস্থু কনানা থোনব' মিংথোননো হায়হুনা থিনরকপদা কনা-গুম্বা অথংবা অহৈবা ইবুংঙাসি'না, মসিদি মীতৈনা মছানা থোনজবা মিংথোননি হায়না হায়নৈ কনাগুম্বা ফুরুপনা থোনখিবনি হায়নবস্থু হায়নৈ বাখল তৌহুনা য়েংলবদি অতোপপা ফুরুপনা থোনখি হায়বসিনা চুমগত্রা হায়না নিংঙৈ। করিনা মী অমগী মমিংবু মছ'ন থোনজবসি তৌনদে, মমিং হায়বসিমকতবু মী অমনা থোনবিবা হৌনৈ। অহুগুমহুন', মীতৈ হায়বসিস্থু অতোপপা ফুরুপ চিংগী হাওসিংনা, 'মীতৈ ফুরুপ ঐথোয়বু মীতৈ হায়না থোনখিবনি হায়হুনা অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিং অয়াস্বনা হায়রিয়ে। মীতৈনা মছানা থোনজবস্থু ওইরসস্থু; অহু নত্রে মী অতৈনা থোনবিবস্থু ওইরসস্থু; 'মী+অতৈ হায়বা রাহৈ অনিসিনা স্থুপথিহুনা 'মীতৈ' হায়বা বাহৈসি ওইখি হায়বসিনা অরেপপা ওইগনি। মরম অসিনা 'মৈতৈ' হায়বা মৈহৌরোন হায়বা বাহৈসি চুমদে। রাহৌরোনদা ফংদবা রাহৈনি। 'মীতৈ' 'মীহৌরোন হায়বসিনা অচুম্বা রাহৈনি।

৩। অস্লুমনা ওইরিবা মীতৈ অসিবু মীতৈ লৈবাক হায়রিবা কঙ্গ-থোইবা লৈবাক অসিদা মথোয়গী পোকফম সাৎফম ওই-রিবনি। মীতৈ — লৈবাক হায়রিবসিদি:— চিংলোন ময়ামনা নোংদোন লাইগী নয়াথংদগী মাইগৈ মরিমক্তা পন সাহুনা লৈরগা অহুগী মরায়দা স্নাগী থম্বানগুমনা লৈকা ফননা সাৎহুনা লৈরিবা মফম অমনি। মতিক ময়াইতনা লৈতেং ওয়হুনা লৈবা মরমদগী;

অতোপ্পা মী অমনা চঙকতুনা লৈবা ওমথিদবা মফমনি। মচিটেৎনগী হৌদুনা, অতৈ অতৈ লৈপাক্কী তোঙাম্না লৈবগুমপ্রবা লৈপাকনি। মীতৈ লৈবাক্তা লৈরিবা ইবুঙো-ইবেমসিংনা মীতৈ লৈবাকসিদগী অতোপ্পা লৈবাক অমা লৈগনি হায়বসি কয়া থমদে। চিংলোন ময়াম্ না পনসাদুনা নিংথিনা কোইসিনদুনা লৈখিবা মরমনি। হৌজিক্তবু য়েৎলোম ওয়রোমমকততা লম ফাওদুনা, চংথোক চংসিনগা তোয়রদুনা মীতৈ লৈবাক অসিদগীসু অতোপ্পা লৈবাক তকৈতসু লৈরি হায়দুনা খংনগ্রবনি। অদুমনা ওয়নমক মীরৈবাক থোকপা ওমজ্রিবা অমসুং মুঙাইবা ময়াইনা অতৈ রাথন থনজ্রিবা কনাগুম্বা ইবুঙো ইবেমসিংনদি, মীতৈ লৈপাকতগী হেন্না অতোপ্পা লৈপাক অতৈ লৈত্রমালে হায়না রাথল তৌবসি তৌনিঙাই য়োই। মরমদি —নোংপোক পাংনা য়েংথোকখিবদা চিংলোন ময়াম্না খুনিং কাংনা লেপথৎতুনা, অতিঙা ছোবনা রাংখৎ তুনা, ঙরাং থঙ্খিবা বুমৈগী পাও পুম্নমকপু কোরৌ লাইদা ভাবকে হায়দুনা ঙাইদুনা লৈজরিবনি। কোরৌ লাইগী তমক অমুবকি থৌগনবু মতৌ অদুমনা তৌদুনা মুমিং খুদিংগী নিংথি থোইবা তৌজরিবনি। মু থিলগী মতমদা, মীতৈ লৈপাক ইমা ইবেমনা মালংবগা লোইনদুনা মুংসি থোইবা লৈপুনবু লাইজগী থকতা চায়থৎলিবনি। মুমিদাং রায়রমগী মতমদা ফৌরুংবনচিংবা চিংলোন মাপম্ কোরৌ লাইজ রোমদা ঙামখদুনা, মীতৈ লৈপাক ঈমা ইবেনগী য়ায়ফম্বা হায়দুনা কোরৌ লাইগী মফমদা থৌনিজরিবনি। খা পাংনা য়েংথোকখিবদা থারম পনথেংগী চিংজাও ময়ামনা মীতৈ লৈবাক ইমা ইবেমবু করিগুম্বা

লেংথোরকতুনা স্না খোংবু তাহিরংজ্রা হায়দুনা বিনা পুন্দনা য়েংজিং অবাং মাইগৈ পাংবদা লাইরৈবাক কৌক্রনচিংবা চিংজাও ময়াম্মা লাই মতোন কৌরংবা য়োৌবদা ওযখিবা মওংগী য়াথি নিংশিংগনি। মকোক থকতা ইমা ইবেমবু থাংগৎতুনা লাইরৈবাককি মুঙায়থা কুমৈবু তংত'না য়েংহনলিবনি। য়েংথোক য়েংখোথিবা মাইগৈদা লাইনা সেমখিবগী মসক ওয়প্রবা মীতৈ লৈবাক লমস্লানি। তমপাকতা লৈহুনা তুরেল লাব অমোম পুম্নমকনা ইমা ইবেম্মগী থোৌগল সোয়প্রনি হায়দুনা সিলোন সিলজিন নায়না, মিকুপ পুংজা কুপনা য়েংহুনা হংগৎ হন্দা চেনহুনা হোৎনজরিবনি। তু-খোং পাং পুম্নমকনা মিৎয়েং অমতা য়েংহুনা থোৌগনগীদমক ঙায়জরিবনি। উরি উপান পুম্নমকনা মালংব লাইগা লোইনহুনা তংতনা হৃমায় থোৌগন চংজরিবনি। লোকতাকনা চিংবা পাৎচাও থিবিকনা ইমা ইবেম্মগী স্না খোংবু তংতনা সেংজরিবনি। অতিঙাদা লৈহুনা অপা- নবা লাইজ পুম্নমক্না তংতনা কুমৈ য়েংভম ওইরিবা মীতৈ লৈবাক লম স্লানি। লাইবক থিবা মবমদগী মযম-মফান থংদবা মচা ওয়প্রদনা মীরৈবাকতা পোকতুনা মীরৈবাকতা চাওহন, মালেমগী সকপু উবা ফংজপ্রবা ননাইনি। করি মুংদা ইমাগী থোৌগনবু তোৌব ওনগদবা হায়হুনা ননাইনা থৌরাংজৈ। হে ইমা ই:বমা, ননাই কুলোনা লাপনা থুরমজৈ।

৪। পোৎসক য়েংহুনা মমল তোৌনরিবমকতনি। পোং অহুগী মতিককা চাব মমলনি। বায় সংবায় অমগা ফৌ সংবায় অমগা হকপা মানবা হৌনদে। ওয়দবহুবু হেম সাহুনা ওয়হলগা

তুং :কাইৰ য়াবা হৌনদে। লাইরৈবাক নতববু লাইরৈবাকনি হায়বা য়াব হৌনদে। নতবা হায়বসিদি ওনথোকনা চাওথ্রব লংজব অমনি। লৈখা তাগদবা য়ানি। নতবা য়া হায়রবদি হনদক্কি মপেককতা মীনা অমুক থাজগদবস্থু লৈতে। মীতৈ—লৈবাকপু লাইরৈবাকনি হায়বসি মীতৈতনা হায়জরিবা নতে, মীরৈবাকী মীনস্থু হায়গদৌরিবনি। মীতৈনা, মপা মপুগী হৌকম সাৎকম মফমনি হায়দুনা থাগৎ-পুথৎদুনা মীতৈ লৈবাকপু লাইরৈবাকনি হায়দুনা হায়জবা নতে। মীতৈ ঐথোয়না হায়রবস্থু মীরৈবাকী মী [illegible] থংবিরিবনি। ভারতবর্ষগী মগুংদা গঙ্গা, জমুনা, স্বরস্বতী হায়রিবা তুরেল অহুমনা চেললিবা মফম অতুব লাইফমনি হায়দুনা লাইনিং অহনশিংনা হায়নরিবনি। মফম অতুদা অপোকপা [ব্রহ্ম] লেপপি হায়দুনা হরিদ্বার, প্রভাস, বৃন্দাবন, কাশি, প্রয়াগনচিংবা লাইফম পুম্নমক চোংথোকখি। হকচাং কয়াংকী শিংলি অহুমনা লেমফুদগী হৌরকপগুমনা মীতৈ লৈবাক অনিদস্থু তুরেল অচৌবা; ইরিল, নম্বুল হায়রিবা অহুম অসিনা কৌব্রু লেমফুদগী হৌরকতুনা চেনথরকতুনা ইথাইদা তিনগ্রবনি। কৌব্রুনা লেমফু ওইরে, কংলানা ময়ায়কোন খোইদৌ ওয়রে, লোকতাকনা ফম্বিকোন ওয়দুনা হকচাং কায়াং অমা ওইদুনা লৈগ্রবা মফম মীতৈ লৈবাক লাইফমনি। অসিগুম্বা মফম অসিদা তেংবানবগী মপু ইবুঙো অপোকপনা করি হায়না লেপপোইদৌরিবা ? শোয়দনা লেপফম থোকই। মীতৈ লৈবাকতা লাইফমনি হায়দুনা লৈরিবা পুম্নমকসিবু সেম সাদুনা ওইথিবা নতে; মসা মসানা ওইগ্রবা মফম মকতনি। পুম্নমক লাইফমগী

মসক ওইরিবনি। মরমসিনা মীতৈ লৈবাকপু লাইফমনি হায়না হায়নরিবনি। মীতৈ লৈবাক ইমা ইবেম্মনা পোকপা মচাদি অমত্তা অচম্বা য়াওদে; পুম্নমক ফম্বান তোংশ্রবনি; হৌজিকস্তু ফম্বান তোঙিবনি। মতুংদস্তু তোঙথিগদৌরিবনি। মীতৈ লৈবাকনা লাইফম ওইবা মরমদগী মচাশিং পুম্নমকনা লাইগী পাংগন ফংজে। মরম অদু-দগী চিংগী হাও পুম্নমকনা ফত্তবা মিৎয়েং তারবা ওমদে। ইবুঙো ইবেমসিংনা অমুকতং র.থল তৌবিয়ু, অস্তুপ পিকলবা লৈবাক অসিনা, য়েকনবা অস্তুপ য়াম্বনা কোইসিনদুনা লৈরবমকতদা মতু তেকতনা লৈরিবসিবু করি ময়াইনবো! লীশিং লীশিংরক হননা য়েকনবা পুম্নমকনা উপথ্রবনি, অদুমকতদা করি অমত্তা মাং তাবা ময়েং তাবা লৈখিদে অচম্বা লৈবাক ওইরবদি অস্তুনা থাংবা য়ারোইদবনি। লাইরৈবাক ওইবনা, অকনবা পুম্নমকনা লাইগী পাঙ্গন ফংবনা মীতৈ লৈবাকী ময়েং তাদ্রিবনি। অস্তুমনা মতিক ময়াই চাওরিবা লৈবাক অসিবু মতৌ করমনা ওইরকপা, মহাকী মচা মশু ওইরিবা মীতৈ ফুরুপ অসিনা মতৌ করমনা ওইরকপা। মসিগী মরি মথোংসিবু থিবনা চুমগদনাপে হায়রদুনা ইবুংঙো ইবেম্মাশিংগী মযমদা বারি ওইনা থৌগনজরিবনি।

৫। হৌজিক অসিদ তাইবং পানবগা হৌদ্রিনরকপা বনাস্তু লৈবা নত্রে। লৈসেম খুনসেম য়াওরকপা উরকপা কনা অমতংবু হৌজিক অসিদা থিবদা ফংগদবা মথৌ লৈখিদ্রে। অদু ওয়রবদি মচিনতৈরা ওয়খিবা কুমৈ পুম্নমকী বারি ফংলরোইদ্রা হায়বিরকনি শোয়দনা ফংভম থোকই। হৌজিক লৈরিবসিদগী পুখৎতুনা য়েংলগা

তৌথিবা ওয়থিবা পুমনমক্কী খুদমবু শোয়দনা ফংগদৌরিবনি। তুংদসু অসি ওয়রগনি হায়ব। পাও পুমনমকপু থংনরিবনি। মুনমা রাখল তৌথরুরবদি হৌজিক ওয়রিবাসনা চুমনি। হৌজিক হায়-রিবসিবু লৈত্রবাদি মাংসু তুংসু লৈতে। অমদি ঐবু ইপানা পোকপনি। ইপাদি লৈরি, ইপুদি লৈখিদ্রে। ইপুবুসু ঐ উজ-হৌই, ইপুথৌদ্দি উজহৌদ্রে। হৌজিকী মতমদা পুনশিন্দুনা লৈরিবা কনাগুম্বনা ইপুধৌবু উহৌই। ইপুধৌ পোকপবু উহৌবদি হৌজিকী মতমদা কনাসু লৈখিদ্রে। ইপুধৌ পোকপনা চিংবা মথক্কী অহন-শিংগী মমিং মথাসু লৈখিদ্রে। মওং-সকতম সাদমসু ফংহৌদ্রে। অথংবা ক-নাসু লৈখিদ্রে। থংনফম করিসু লৈখিদ্রে হায়দুনা ইপা ইপুশিংদুবু লৈরমদে হায়বা য়াবা বা নতে। মথোয় লৈরমদ্রবদি ঐখি করমনা ওইরককনি! ঐবু পোকপা, ইপা ইপুসু কদাইদগী থোরকনি ঐগী ভান্দগী পুথংতনা য়েংখৎলগা, ইপা ইপু ইহান হানব অতুগী পাও কাওবা ফংনরিবনি। অমসু ইচা ইমুনচিংবা পুমনমকসু ঐগী ইতুদ মখং মনাও নাইন লৈহৌগনি হায়বা অতাংবা থংজরিবনি। মীতৈ হায়বসি কদাইদগী করমনা হৌরকপনো হায়বসি, — ঐখায়না মীতৈ হৌরকপা মতম অহুদা লৈরদুনা উহৌদ্রবসু হৌজিক লৈরিবা মতমসিদগী পুথংদুনা য়েংলগা করি হায়না মীতৈ ঐখোয়না হৌর-কপগী লিখুন ফংলোইদৌরিবা! লেপনা থংফম ে বই থাইনগী কুধৈবু; মরি মথোং থিরুরগা হৌজিক অসিদা থংবা ভম্বা মরমদগী অহৈবা, অথংবা ইবুঙো ইবেমশিংনা হৌজিক অসিদা লেংথোকদুনা মাংলুরবা পোৎপু হৌজিকতা ফংবগুম্মা, পুক্রিং ইনৌ

মৌরিবনি। 'গোবিন্দ দাস'দি কলিদা পোকপনি, 'কৃষ্ণ' ইবুঙোদি 'দ্বাপর'দা পোকপনি। 'অষ্টকাল' হায়বা লাইরিক অদুদি 'গোবিন্দ দাসনা লেংবনি। 'কলি'দা পোকপা গোবিন্দ দাসনা 'দ্বাপর'দা পোকপা 'কৃষ্ণ' ইবুঙোনা নহা ওইরিঙৈদা সঙ্গোম সুম্বা মতম্দা সঙ্গোম চফু পায়দুনা লেপুরিবনি। 'যুগ' হায়বসি কয়া কুইবা, ইবুঙো ইবেম্মাশিংনা 'ডাইরেক্টরি পঞ্জিকাগী কলিযুগোৎপত্তি, হায়বা চেমাইদুদা য়েংবিয়ু। মতৌ অসুম্না তৌদুনা থাইনা ওইখিবা কুম্মৈগী ৱারিবু হৌজিক লেংশিনবা য়াদে হায়বা করিসু লৈতে। লৈতবদুবু লৈননবা হোৎনখিবমক্কনি। মীতৈ হৌফমগী ৱারিসি মপুং ফানা লৈতবা মরমদগী অমসুং অতোপ্পা ফুরুপকী মীনা মীনোক চংঙক-পদগী ইকায় খুংসি য়ানদুনা কনাগুম্ব অহনসিংগী নাকতা চংজ-রুবদগী, অমসুং অহনশিংনা থোজান মরিক পিনবিরমবদগী খোমজন তিশিনজদুনা, ইবুঙো ইবেম্মাশিংগী মফমদা ফোংদোবচরি-ৱারি মতেক থজিকতংনি। থাই তরানা পুক্লিং য়াওনা তাবিরগা ৱারি ওইবা হায়বদুনি। মীতৈ হৌফমগী ৱারিবু য়াম্না সুপনা থজিকতা ওইনা লিজগে। ইবুঙো ইবেম্মাশিংনা পুক্লিং অমতা ওইনা তাবি-গদবা ওইরে।

৬। মচিনবৈদা, ইহান হানবদা মীতৈ লৈপাকসি ওইত্রিঙৈদা, মফমসি ঈশিং ঈপাক ওইনা লৈরম্মী। ঈশিং ঈপাকসিগী মনুংদা নোংপোক ওইরপনা নোংমাইজিং হায়রিবা চীংজাওসি লৈরম্মী। নোংমাইজিং হায়দুনা হায়রিবা বাহৈসিদি নোংগী মমাইফংনা বাংভি হায়বা ৱানি। নোংগী মমাই ফংনা রাংভিবা চীংবু 'নোংমাইজিং'

হায়না কৌরিবনি। অসুমন ইপাক ওইনা লৈরমলিবা মফমসিদি, ইপাক অচৌবগী ঈথৈ ওইদুনা লৈরমলিবা ঈপাকনি। ঈথৈসীগী মসুংদ মুণ্ড-য়াই ময়ামনা থেমদনা লৈরম্মী। ঈপাক অচৌবা হায়-রিবসীগী মুণ্ড য়াই পুম্নমক্কী মহৌশাগী লৈফমনি। ঈপাক ঈচাও হায়বসিনদি অতংপা লৈতনা ঈথক কারিবনি। ঈথক অচৌবদুনা মুণ্ড-য়াই পুম্নমকপু চেনদুনা পুরকতুনা ইথৈদা থম্বা ময়েকনি। মতৌ অসুম্না তৌদুনা, লৈপাক লৈশা ফাওড্রিডৈদা ইপাক মসুংদা অয়াম্বা মুণ্ড-য়াই থেনদুনা লৈরম্মী। চিংলোন ময়ামনা পন সাদুনা কোইদুনা লৈরবা, অমসুং তেংবানবদা ফজবা পুম্নমক্কী ময়োন ওইদুনা পুকনিং হুননবগী মশক ওইদুনা লৈরবা মফম অসিবু লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইরৈবাক কৌব্রু চীংদোনদা লৈদুনা য়া মীয়েং তাখি। লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসিদি হৌজিক্কী মতমগী লাই-রোন্দা 'অতিয়া গুরুসিদব' হায়দুনা হায়রিবদুনি। ইবুংঙো মহাক্তি তেংবানবগী মপুগী সায়োননি হায়না হায়নরিবনি। লাইনিংথৌ সোরারেননা য়া মিৎয়েং য়েংথরকপা মতমদা, নাপন চাওনা ঙানদুনা লৈরবা নোংমাইজিংগী মথক্তা হাওনায় লৈবা উপ্রিদে, মফমসিদি থাংগৈসেংনা লমলেমনি হায়না থংখি হাও হায়বসিদি চিংথক্তা হৈনৈ, ইহিং হায়বসি মখোইগী য়েরুবনি। ময়ম অতুদগী ইপাক লানথোকতুনা হাওসিংনা নোমাই চীংদা তারুবা ঙমখিদে। মীচৈ লৈবাকক্কী অরাং পনথেংগী চীংজাওবু কৌব্রু কৌই। হিমালয় হায়রিবদুগা অতুমক সমনরে হায়দুনা হায়নৈ। কৌব্রু চীংগী চিংদোনবু সোরারেন লৈবাক কৌই, লাইরৈবাকসু কৌই। লাইনিংথৌ

সোরারেননা লাইরেম্বী সিদবীগা অনিনা স্নাগী ফম্বান থকতা ঙাম্লিবা কৌব্রু লাইরৈবাকনি। লাইয়াম পুম্নমককী সানফম মফমনি। লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইয়ামগী অঙম অথৌ পুম্নমক কৌরদুনা হায়রকই লাইয়ামগী মরুপসিং খা পাংব মাইগৈদা লৈরিবা লৈপাকসে লমলেম ওয়গদমালে। ময়ায়দা নোংমাইজিং চীংনা ওনথোকনা নিংথিনা ঙানদম্ভা লৈরে। লৈবাক লৈরিবা অসিগী ময়ায়দা মতিক ময়াই কনগ্রবা, মঙান কনগ্রবা মুঙ-য়াই পুম্নমক্তা থেনদনা লৈখ্রে। থৌরান-মীচাকনা ঙানবগুম্না মুঙ-য়াই পুম্নমক্তা নিংথিনা থোইনা ঙানাথ্রেবসিদি য়েংবগী অপেনবা লৈখিদ্রে।

মফমসে লাইরৈবাক কৌব্রুসিগী চীংসাগী তময়াম্দু থোকলে মফম-সিদা লৈবাক অমা শেমলবদি ওনথোকনা ফজবা মতিক ময়াই চাওবা লৈবাক অমা ওয়গনি। তমপাক ওয়রবসু লাইরৈবাক অসিগা চপ মানবা লৈপাক অমা ওয়গনি। ওনথোকনসু ফজবা লমদম ওয়গনি। মফম অসিদা লৈবাক অমা শেমলবদি, মুঙ-য়াই পুম্নমক্তী ময়াইনা হৌরকপা পোৎচৈ পুম্নমক, লাইরৈবাক অসিগী মহৈ মরোংগা চপ মানননা ময়াই লৈরগনি। মহৈ মরোং পুম্নমক অদুবু চারগা লাইথুং লাইনা কোকতুনা কুচু কুমেন ফজরগনি, পুনশিগনি লাইনিংথৌগী বাহৈদোক তাদুনা লাইয়াম পুম্নমক্তা তম্পাক ঈপাক য়োমদা মিৎয়েং তারকই। লমদমগী নিংথিজবদু উবদুনা লাইয়ামগী পুকনিংদি ওনথোকনা পেনখিদুনা লাইনিংথৌগী য়াথং লৌদুনা তম্পাক ঈপাক তানবা কুমথরকই। লম পুম্নমক য়ানবা হৌরকই। তম্পাক ঈপাককি নিংথিজবা লমদম উবদুনা

লাইনিংথৌ নাক ভাননা লাকতুনা মরি মথোং শিংনা পাও তমই। ইবুঙো লাইনিংথৌ হন্দককি লমদমসে ওনথোকনস্থ মতৌ, য়েংবগী তশেনবা লৈতে। ইবুঙোগী য়াথং মতু ইনহুনা হায়জরিবনি—মরুম অসিদা লৈবাক শেমলবদি ওনথোক্লা নিংথি থোইংা লৈবাক অমা ওই-গনি হায়বসি ননাই ঐথোয়স্থ রাখলদা ফংজরে মতম থিনথবদি পামবু পামজরে। থুনা য়াংনা লৈবাক অমা শেমবনা থোকদমালে। লম অসিদি হাংগৈসেংব লমলেমনি। ইবুঙো লাইনিংথৌ লৈপাক অমা শেম্বা হায়বস্নিদি ওনথোক্ল চাংথ্রবা থৌরমনি। অদুগী মথক্তা কলকপা য়েংথিবনস্থ য়ৈথায়গে থিংগায়গে হায়হুনা লৈবনস্থ কোং-গাইনি। ইবুঙোনা থৌরম পাংম্নবা তৌবিরগা ননাই ঐথোয় ইবুঙোগী তুংইনজগনি, ইবুঙোগী থৌগন চংচগনি। লাইয়ামগী থুম থোইবা য়াথং ভাংদা লাইনিংথৌগী পুক্লিংদি থোইদোকনা সুডাইথিহুনা হায়রকই,—"মরুপ ইবুঙোসিং পুরুমকনা য়াথং পিনবিবাসিনা ঐদি থৌজান-মনা ফংবা ওয়জরে। মতম থিনথবির-গস্থ, লাই লিশিং লিশিংনা থুজিং ওইহুনা অকনবগী ফিজেং সেংপিউ। চরৈ থাওম্নিংরো, শাপোং লানপোং শেংহুনা। অথৌ অথৌবা থুংস্থ থুংলাই পাইখংপিরো। লাই নিংথৌগী য়াথং মতুং ইনহুনা লাইয়াম পুম্নকনা শাপোং লানপোং সেংতুনা স্না শাগোন থকতা তোংহুনা অথৌ অথৌবা থুংস্থ থুংলাই পায়হুনা লোইরবা মতমদা, লাইনিংথৌ সোরারেম্না লুচিংহুনা লাইয়াম পুম্নকনা লৈ-শেমগে হায়হুনা রাথন বারেপতুনা, ভম্প্যাক ইপাক নাক তাম্না কুমথরকই।

৭। অসিগী তুংদা লাইয়াম পুমনমকনা চিংয়াংদা তেংগোম সাহ্নুনা লৈরক্লুনা চীংলাইগী মরোংদা হিয়াং হিরেন সাখি। হিরেনদা তোংহ্নুনা লাইনিংথৌনা চিংবা লাইয়াম্না নোংমাইজিং চিংথোং তালকই। [নোংমাইজিং হায়বা মিংথানসি লাইয়াম্না থোনখিবা মিংথোন ওয়গনি। নোং+মাই+চিং র হৈ অহুমসিনা তিনশিনখিহ্নুনা ওয়খিবা ৱাহৈ মপুং মিংথৈনি। নোংগী মমাই কংনা ৱাংবাচিং অস্নুমনা হায়গনি। লাইনিংথৌ সোরারেনগা লোইনদনা লাইয়ামগী মরূপনা নোংমাইজিং চিংথোংদা থুংখিবা মুমিৎ অহুবু লৈশেমবগী অহানবা মুমিৎনি হায়হ্নুনা চয়োন তরেৎকী মুমিৎ নোংমাইজিং অস্নুমনা হায়না খংনখি। লাইনিংথৌনা লাইয়ামগা লোইনহ্নুনা নোংমাইজিং চীংদোন তাননা কারকই। মুমিৎ অহুবু চয়োন তরেৎ খিরকপদ 'নিংথৌকাবা' অস্নুম্না হায়নখি। মতৌ অস্নুম্না নোংমাইচিং চীংদোনদা কারকহ্নুনা অথৌবা খুৎম্নু খুলাইনা চীংদোন থ্রগাইহ্নুনা ইপাকত থাদরকই। লৈপাক মপৈ মপৈ কিনথরকহ্নুনা চীংগী লৈশানা ইপাক ফুমজিনখিহ্নুনা লৈবাক লৈছা কাওগৎখি। মুমিৎ অহুবু লাইগী মরূপ খিবিকনা 'লৈবাকপোকপা' হায়না খংনখি। লৈবাক লৈছা কাওখিবা মতুংদা লাইয়ামগী মরূপনা লৈননবা য়ুমকৈ শাখি। লাইয়ামনা য়ুমকৈ সাখিবা মুমিৎ অহুবু 'য়ুমশকৈশ' অস্নুমনা হায়নখি। লাইয়ামনা য়ুমকৈ সাহ্নুনা মুঙাইনা লৈবহুবু উরহ্নুনা চিংদা লৈবা হাও পুমনমক্না কলক মিহৌ পুকচেননা মপুং ওয়হ্নুনা [ময়াম ময়াম] সঙ্গু সঙ্গু তিনহ্নুনা মা তানরকই। লাইয়ামনা লম মুনখিবা তারে তানথোকহৌবনা থোকই হায়হ্নুনা,

খোংজেক মিংতাং কাওবা চিথছোৌদনা চিংলোন মরামদা লৈরিবা হাও পুন্নমক হুপনা তিলনি। মখোয়না নিনখিবা লাও খোংখিবা ইনিন অহুন' ম'লেম লৈছা থক থক নিকখি। মখোয়না তৌরকপা মরোংহু উবদা, লাইয়ামসু পুকনিংদা অকিবা পোকখিহুনা খৌরপ চাখি। হন্দকতি করমনা খোকলগবা হায়হুনা বাথল তৌনখি। সরোই ময়ামদি মখোই কাখিহুন' থাং তামচিংবা পায়হুনা লান হৌরকই, লাইয়ামবু কোয়সিলকই। হাংলো খিললো হায়বা খোনজেন ইনিন সিমকতনা অতিঙা মাইকোই শিন থুংগ্রে। লাইয়ামগী মথক্তা তান নোং চুবগুম লংশিল্লকই! লাইগী মরূপ পুন্নমকসু খুদকতা শগোল থকতা তোংখংহুনা হাওগী লানমিগা চায়নরকই। লাইসিংনা শগোনথকতা তোংহুনা কোইচেন চেনহুনা হাওশিংগা লান সোকনখি হায়হুনা হুমিং অহুবু 'শগোলশেল' অসুমনা হায়নখি লান অহুনা সিনখিবা পুন্নমকী ঈনা ঈপাক ইরং মতম শুমনা চেনখি হ'য়হুনা হুমিং অহুবু 'ঈরাই' হায়না থংনখি। লাইয়াম্না সরোই পুন্নমকপু ভমজরহুনা থাং চামখি হায়হুনা হুমিং অহুবু থাংজাম (থাংজ) হায়না থংনখি। মীতৈ লৈবাক লম শেম্বগী বারিদি চয়োন তরেংনা চুক ওয়হুনা লৈরিবনি। চয়োন তরেংনা লৈশেম্বগী অহানবা রারি ওয়বা মরমনা মীতৈগী অরুবা লাইরা ওইরিবনি! ময়াংগী বারি' সোমনদি মীতৈরোনগী লাইবা ওয়বা য়াদে। ময়াং লৈপাকতা চয়োন তরেং থিবসি অতিঙাদা খোকইবা অপানবা পুন্নমকী চথোক চসিনগী রাকোন মতুং ইন্দুনা চয়োন তরেং থিনরি। মীতৈ লৈবাক্তা ময়াং লৈবাক্তা মতৌ অহুম্না তৌহুনা

থেংলৈ। চয়োন তরেৎসিনা ওইরকপসি করম্বা মতমদগীনো ইবুঙ্গো ইবেমশিংনা রাখল তৌহুনা য়েংবিই। খ্রীপন্না মশিং লাকপা অমত্রবা মতমদা, ওইপ্রবা থোরমনি। চয়োন তরেৎসিনা মীতৈ লৈবাক লম শেম্বগী অহানবা বারিনি হায়বসি তশেং তশেংলবা বানি। চয়োন তরেৎসিনা ওইরকপগী বারি অসিবু নিংথিনা মথং শিংনা ভারিবা মীদা শোয়দনা মীতৈ হৌভমগী বারি থংলবনি মরম অসিনা মীতৈনা রাপন তৌহুনা হায়দ্রে, চয়োন তরেৎনা লৈরিভেদা মীতৈ হৌভমগী বারিবু ইসিন্দুনা থমলুবগী করি মথৌ লৈবগে? মীতৈবাকীদি মহাক মহাকী হৌভম সাৎকমগী বারিবু চেদা ইসিন্দুনা থমনৈ। মীতৈ ঐথোয়গীদি ইশিন্দুনা থমত্রবসু চয়োন তরেৎনা লৈরিমথৈদি হৌভম সাৎফমগী বারিগীতমক করিসু কিভম চিংনভম লৈতে। য়েক-সলাইনা থাইথিবসু চয়োন তরেৎনা ওইথিবা মচুং কাইনথংদা লাইনিংথৌ সনাবহি লাইনিংথৌ পাখংবদগী হৌহুনা মীতৈ হায়বসি মথং মনাও নাইনা সনদরকলবনি। য়েকসলাইনা ওইরকপগী বারিসু তুংদা হায়জরকে হৌরিক অসিদা মীতৈ লৈবাকনা ওইরকপগী বারি মথাকপু হায়জথিগে।

৮। মতৌ অসুম তৌহুনা লাইনিংথৌ সোরারেন্না লাইয়ামগা লোইনহুনা নোংমাইজিং চিংগী মথকতা কহুনা চিংদোন থগায়হুনা থাদরকহুনা ঈপাক কুমজিনহুনা মীতৈ লৈবাক শেমগ্রবনি। লাইনিংথৌ সোরারেননা মীতৈ লৈবাকা অনিমক তুনা পানথি। চীংগী হাও পুরমকা লাইয়ামবু য়েংখিহুনা অতৎপা লৈতনা লোইরান তারে। লাইয়ামা উরিবা মহৈ মরোং পুরমকপু চীংগী সরোইসিংনা

লোননা লাকফুনা হবালি মহৈ মরোং পুম্নমকপু য়ানথংলি খোংহৎলি। অচুম্বীদমক লাইয়ামগা হাওগা অতংপা লৈতনা চাইবৈ। হৌজিকী মতমদা মীতৈ ঐখোয়না লাই হরাওব কুমৈ সানংরকপা মতমদা লাইসিংনা তৌরমবদুগী কিদম লৌদুনা হাওবু তাননরিবংদুনি। মীতৈগী "লাই-হরাওব" হায়বা কুম্মৈসি কথামুক লুপ্রবা রানেং, অমসুং হৌজিকী মতমদনা কয়াম্তুক লাইথোকপ্রব ১চিগী মরিদা মথং মনাও নায়না ভুংদা হায়জরকতে। অসুমনা ওইবিবা মীতৈ লৈবাক লমসিগী হাক্কা হাওসিংগা য়েংথিনবসিনা লাইয়ামগী পুক্কি দি ওনথোকনা মুভ'য়তে। ওনথোকনা ওলাংনা লৈতৈ। য়েং-থিনদুনা মরক মরকতা লামচায়নদুনা লৈরবদি মুভায়না পালবদু, মতুংগা বায়ক চংবগুম থোকলগনি লম অসিগী অমতং ফিগৈ সেংনদব য়াদে হায়দুনা লাইয়ামগী মরুপ থিনদুনা বাথন তৌনথি হাও পুম্নমক কৌদুনা তিনবা থোক্লে, হন্দক অনৌবা শেম্বা লমসিবু লাই ঐখোয়না হাওসিংগী দমক শেমবিবা হায়বদুরা, অদু নত্তনা তসেং তশেংনা ঐংখোয়না ফংভম থোকপ্রা মসিগী অতাবা অমতং থংবা থোবলে হায়দুনা হায়নথি। বাথন অসিদ' লেপনদুনা, লাইনিংথৌ সোরারেন্না চিংবা লাইয়ামনা হাও পুম্নমকপু চরাপ কমসি হায়দুনা কৌথি। লমসিবু হাও নথোইনা ফংভম থোকপ্রা ঐখোইনবু ফংভম থোকপ্রা, মাসিগী ফিগৈ সেংনসি। হাওগিসু লাইগিসু অভম অথৌ পুম্নমক হুপনা তিনথি। অচৌবা চরাপ অমা কমথি অচুম্বা বায়েন তৌননবা হায়দুনা 'লাইপাংগন' বনা য়াথং পিথথি। লাই পাংগন বা হায়বসি হৌজিকী মতমদা মহাদেব হায়রিবসিনি হায়দুনা

হায়নরিয়ে। মতৌ অসুমনা ভৌছন অচৌবা চরোপ ষঙ্খিবা মুহিং অসিবু 'লাই খুনতিন লালুপ' অসুম্না হায়রৈ, লালুপসি তিনখিবসি সজিবু চৈরাওবগী নোংমা লৈরিবৈদা তিনখি। লালুপসি তিলকপা মতমদা লাইসিংগা হাওসিংগা পংহায় হায়নরকই। লাইয়ামনাদি, লমসিদি লমলেম ওয়না লৈরমবগী নৌনা লৈসেমজবনি হায়হনা হায়, হাওসিংনা মাহু য়াদে। লাইয়াম্না লোম্না লাকহুনা নমথাক তৌহনা মুনখিবনি হায়হুনা খুম্মি। মহৌসানা মথোইগী লমগী মনুংদা লৈকরম্বা লমনি হায়না হায়রকই। লালুপ অনিমক্কা পংহায় হায়নরকহুনা বায়েন থাংবা ঙমনরকত্রবা মতমদা লাই পাংগনবনা হায়রকই— অকনবগী মরুপ ইংঙোসিং, লাই পাগনবা ঐনা হায়জরিবসি পুকনিং অমতা ওয়না তাবিউ। হাওগী অঙম্বা নখোয়না লমসি নখোয়গীনি হায়হুনা হায়বা বাসে, মরম অমরোমদা চুমম্নি; করিনা, লমসি নখোয়গী চিংনা কোইরিবা মনুংদা থোকলে। অহুমনদি ওয়রগা ঈপাক ইশিং মথাদা লৈবলম অহুনদি নখোয়গী ওয়রবসু নখোয়গী কোনক্ষম থোকতে অমসুং ইশিং ওয়না লৈরবদি মহু নখোয়গীদি নবাননি। করিনা অহুবৈদা ইরাই লৈমনা মথি কোংহুনা লৈরিবৈ মতমদ: নপুথৌসিং অমনা নাকতা চংজকবদা ইরাই লৈমনা সাওহুনা ক.সি সিরো হায়হুনা মিচৈ পিরকপা মতমদা কপচা লাওজহুনা কৈ.শি লৈথোনলকপা মতমদা, হয়েং ঐনা চিংজুম ইরু ইচেন ওয়না চেনথরকপা মতমদা, খুজোক য়াহুনা থকচৌ হায়খি। অহুনগী হৌহুনা ইশিং ঈপাকক্তা নখোয়গা লানখিনখি। এমদক নখোইনা সুমরিবা লমসি মচিনবৈদা ইশিং ঈপাক ওয়না লৈরম্মি। হায়নসি

স্থুম্নিং থানা উরিবনি অমস্তুং মৈ, ঈশিং, মুংসিং লৈপাক অতিঙা মঙানা থংঙিবনি। লেংব য়ারবোইদবা বানি। অমস্তুং নোংমাইজিং চিংনা নখোয়গী মাইথুম ওয়হুনা লৈরম্বহুবু হৌজিকী মতমদি মাইথুম হাংগ্রে। নোংমাইজিং চীংদোনগী লৈশাহুবু মফম কদায়দা তিনগ্রবগে রাখল তৌহুনা য়েঙু। অসি পুম্নমক খুদম লৈবসিনা লমলেম ওয়না লৈরম্মি হায়বসিনা অরেপপা বানি। য়েলহৌভৈদস্তু লমসিগীদমক লৌরি ঙমথৈ অমা থমনখিবা লৈতে। হৌজিক অসিদা লাইয়াম্না চিংদোন লৈশা থাথাহুনা শেমগ্রবা লমসিবু নখোয়গীনি হায়হুনা হায়বা রাসে লাইয়ামনা লৈশেমলমগ্রবদি নখোয়না নখোয়গীনি হায়দনস্তু, নখোয়গী থৌ কানবা মফমদি ওইরম্মোয়দবনি। হৌজিক অসিদা নখোয় ফুরুপ অনিনা লমসি মুননরিবসিদি স্থুমিং থানা লৈরিবা মথৈ লোয়সিনবগী মরি মখোং উদে। অসোমদা নখোয় ফুরুপ অনিমককি রাসে থৌগনবা ফুরুপ অমা লৈরি। মতমনা কুই-রকলহুনা মচাগা মশুগা য়ামথংলকতুনা লৈভম মফম লৈরকত্রে। মখোয়গী লৈভম অমতং ফুরুপ অনি নখোয়না পিবিবস্তু থোকত্রে। অশোমদদি নখোয় নখোয়না শাগীদা লানগীদা অরাম থৌরাং নঙক-তুনা হকচাং মরথরকলবা, রারকলবা মতমদা, ইসৈ থৌগনবা মরুপনা মখোয়গী স্থুংসিবা, খোনজেল্লা নখোয় নখোয়গী নতিক নয়াম থাগৎতুনা শকপা ইশৈ অহুবু তারগা অবা অনা কোকতুনা হকচাংদা পাঙ্গন ইচিক হল্লিবনি। মখোয় অসিগীদমক ফুরুপ অনিগী অঙম্বা নখোয়না করি অমতা তমবিখিত্রি, হৌজিকস্তু করি অমতা ঙম্বিত্রি। মরম অহুনা ঐনা মরক্তা থায়হুনা হায়জরিবনি। হন্দকী লম অসিদি

ইশৈ থৌগনবা মরুপ অসিদা পীফম থোকই। লাই পাঙ্গনবগী বায়েন তাবদা লাইগী মরুপ, হাওগী মরুপ, মরুপ অনিমকক্তু চেক-মোক লাওদ'না তুমিননা লৈনখি। বলকম্নিহৌ পুকচেল্লা মপুং ওইরিবা হাওশিংনা, লাইয়াম্না লম ফংজোইদবা মতাংদু উবদা মবুক-নিংদা ওনথোক্লা কলক গেনখি। অদুমক্তনা মুঙাইখিদুনা মথোই কানা লাই পাঙ্গনবগী বায়েন চুম্মে হায়দুনা পাওখি। ওসিদগী হৌদুনা লম অসিগীদমক ইসৌ লাংনরমুসি হায়দুনা হাওগী অওম্বা পুন্নমকনা মতম কুইনা তম্পাকতা লান তাখিদে। লাই পাঙ্গনবনা য়েনখিবা বায়েনসিদ্রি য়াম্না অরুবা র'য়েন অমনি। ওনথোক্লা লাইনা হাও পুন্নমকপু থেমজিনখি। হাওশিংদি ওনথোকনা হরাওনা য়াখি। অসোমদা লাইয়ামগীসু পুক্নিং তপ তাখি। লাইয়ামগী পুক্নিং তাখিবা মরমদি, ইশৈ থৌগনবা মরুপ হায়রিবসিদি, লাইশিংগীদি মশানি; শাগৈ সনাই অমতনি। মথোয়সিদি লাইশিংগা লোইনদুনা লাই-শিংগী মরকতা লৈদুনা লাইশিংগা চারৌ মৌয়ৌমদুনা, সোরারেন লৈবাকতা অদুমক লৈরিবনি। অদুনা, মহৌসাগী মহৌসা লমদি লাইশিংগী মখুংতা অদুমক লৈহৌরে। লাইনিংথৌ সোরারেনবু মিরাইদুন' ইশৈ থৌগনবা কাংবুনা মীতৈ লৈবাক লমসিদা মথোয়না নিংথৌ ওয়না প'নগে হায়বা লৈখিরে। লাইনিংথৌ সোরারেননা হানগী মতমগুমনা মীতৈ লৈবাকতা অদুমক নিংথৌ ওয়না পানখি। ইবুঙো ইবেমসিং, থৌবান তোমজিনবোমদা লাইনিংথৌ সোরা-রেনগী থাইনগী কোম্নুংনি হায়দুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি ইশৈ থৌগনব মরুপসু তম্পাক লমজাও অনৌবা শেম্বা মীতৈ

লৈবাকতা লৈহনখি। মতৌ অসুম্না তোহ্নুনা লাইরাম পুম্নমকনা হাওশিংগী কোইরানদগী অৱাবা লেলদনা, লৈপাক মন্না ভগনা লুগাইনা পানখি।

৯। লাইনিংথৌ সোরারেননা লাইরৈথাকা মীতৈ লৈবাকা অলিমক সুপনা পানখি। মীতৈ লৈবাক ভম্পাকতা মচা খনি কংখি। অহন অহুনা সনামহী কৌয়ি, অতোনবহুনা পাখংবা কৌই। সনামহী, পাখংবা অনিনা পোকখিবগী ৱারী অসিদি পুম্না অমদা তোপনা লৈব্রে। পাখংবা, সনামহী হায়রিবা ইবুঙো অনিসিমক অচম্বা নত্তে; তেংবানবগী মপু ইবুঙোগী য়েং-ওয় সকহুনা তাইবংপানবদা সায়োন ( অৱতার ) ওয়না পোকলৱনি। সনামহী হায়রিবা ইবুঙোসিদি লৈমরেন সিদবীনা পোকপা নত্তে। চকু অহিংবগী মন্নুংদা কংবনি, লৈমরেন সিদবীনা য়োকখিবনি হায়হুনা পুম্না অমদা হায়রিয়ে। মরম অহুনা ইবুঙো মহাকপু মপোক লৈতবগী সাগৈনি হায়না খংনৈ। পাখংবা হায়রিবা ইবুঙোসিনা লৈংরেন সিদবীনা হেক পোকপনি হায়না হায়নরি। মতিক ময়াই চাওবা মচানি হায়না খংহুনা লাইনিংথৌ সিদবনা মচা সনা-মহীবু অচং চংভ তাইবং সেম্মু হায়হুনা য়াথং তৌখি। য়াথং মতুং ইন্দুনা সনামহীনা তাইবং সেমখি। নাপী-শিংবী উরি উপাল, ছা-ঙা, ককচেং থোয়া পুম্নমক সনামহীনা শেমলকপ মতমদা মনাও পাখংবনা হেক ২ থুগায়। সনামহীনা মপাবুং লাই-নিংথৌ সোরারেন সিদবগী থকমদা ৱাকংলকপা মতমদা, লাইনিংথৌ সিদবনা মশাদগী নিংথিজরবী লুপী মচা অমা পুথোক্নহুনা পাখংবগা

সানহনখি। মতম লালহাং অদুদা অমুক হমনা সনামহীনা অচং-চংত পুম্নমক শেমখি। লাইনিংথৌ সিদবগী মমি য়েংদুনা তাইবং মী হায়বসি সনা-মহীনা সেমখি। হায়দুনা তাইবংমী হাঁয়দুনা হৌজিক অসিদা থংনম্লিবনি। সনামহীনা পুম্নমক শেমমকপা মতমদা 'ঙামু' হায়বনিনা তাইবংমী য়োকপা ওইসম্থু হায়দুনা য়াথং তৌখিবা মরমনা, হৌজিক ফাওবসিদা ঙামু অসিদা অনা-অয়েক পুম্নমক্কী লাইনা কোক্লম চিঙ্গাক ওয়নরি। ঙামুনা মীতমঙা ওয়নরি। হঙোয় হায়বসি অহান্বদা সেমল্লি হায়দুনা হঙোয়না হৌজিক কুম তম্লিবসিনি। মরম অমদগী অতোনব ওয়রবম্থু পাথংবনা মপাবুংগী ফমবান ফংখি। কৈ.পাক ঙাকখি। ময়াম্থুং সনামহীনা য়ুমবুম খুদিংগী নিংথৌ ওয়খি। মচিন মনাও অনিমা অম্থমনা খুভম ফংনখিবসিগী বারিদি পুয়া অস্তোপ্পা অদুদা লৈত্রে। লাইরিক অসিদদি অদুপ য়াম্বদু সন্দোকত্রে। মরমদি পাথংবা, সনামহী অনিমককি বারিসি হৌজিকি মতমদা মীতৈ ঐথোয়গী লুমবা লাইবা ওয়ত্রে ফোংদোকপ য়াবা থরতং ফোংদোকচরবনি, বাহৈ হেনজিনখিবা তরানা ঙাকপিউ। অম্থমা ওয়রিবা সনামহী, পাথংবা হায়রিবা অনিসিদি তেংবানবা মপুগী সায়োননি হায়দুনা মীতৈ পুম্নমকনা হৌজিক ফাওবম্থু ইরাৎনম্লিবনি। লাইনিংথৌ পাথংবনা য়েক তরেৎ, সলাই তরেৎ পোকখি। (১) খুমল, (২) লুরাং, (৩) মঙাং, (৪) অঙোম, (৫) মোইরাং, (৬) খাঙানবা, (৭) সরাংলৈশাংথেম। তুবী লাইরেম্নচিংবা তরেৎনা সলাই তরেৎ কৌই। য়েক তরেৎ অসিদগী মহাক মহাক্কী থৌরম মভুং ইনদুনা সাগৈ পুম্নমক থোনখি। য়েক তরেৎ অসিদগী

সন্দোরক্তুনা হৌজিককী মতমদা মীতৈ ঐখোয়না য়েক তরেং খায়বা পালিখসিনি। পাখংব পোকত্রিবৈ মপাংদা লৈরম্ব পুন্নমকপু য়েক তরেংকী মমুংদা, মহাক মহাকনা পাম্বা য়েকতা তোংখি। পাখংবগী মথাদা, খুদন পিবানা নিংথৌ ওইখি হায়না হায়রে। অসিগী তুংদা মথং মনাও নায়না নিংথৌ ওইরকপা মতুংদদি খুং- কনবনা নিংথৌ ওইত্রে। নিংথৌরোনগী ৱারি লৈরিবা পুন্নমকনা থংনত্তমনি। মীতৈনা হৌরকপবু মতৌ অস্নমনা তৌহুনা হৌরকপনি। মরম অসি মীতৈবু লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচা মসুনী হায়না মীতৈ পুন্নমকনা থংনরিবনি। অমসুং লাইনিংথৌ সোরারেননা কোনথৌজমগী লাইরেম্বী লৌরমহুনা লাইনিংথৌ কোরিফাবা পোকখি। অনিমকী খুন্তম লাইফমসু মীতৈ লৈবাকী সন্দোং পাংখদা হৌজিক ফাওবা লৈরি। কোনথৌজম লাইরেম্বীদগী হেনহুনা, লাই- রেম্বী লিশিং অমসু লাইনিংথৌ সোরারেননা লৌরমমী হায়না হায়নরি তাইবংজম লাইরেম্বী, লাইশ্রম লাইরেম্বী অসিনচিংবা লাইরেম্বী লিশিংনি। অসিনদি মীতৈগা লাইনিংথৌ সোরারেনগা নকনবা ফুংকপনি হায়বসি তসেং তসেংনা থংলবরানি। অমসুং মীতৈগী মরোং সকতমসিবু থাইনদগী হৌহুনা ওয়রকলবা মরোং- সকতমনি। ইপা ইপু অহানবত্নদগী হৌহুনা ওংদম সাদয়সিবু মথং মনাও নাইনা ওয়রকহুনা হৌজিক ফাওবসু সকতম মরোংদু লৌহুনা মচা মসু তারকলিবা ঐখোয় পুন্নমক ওইবক্লিবনি। মীতৈনা হৌজিককী মতমদা লোলিবা মরোনসিবু পাইরকহুনা ময়রুতকী তোংলবা নত্তে। লৈশেম জুংশেয়বদগী হৌহুনা লোননবক্লবা

মশোননি। মীতৈগী সকতম মিংলৈ নাৰৈবু মুংকনবগী খোইদোকপা মরম লৈতে। অসিনদি সকচু গানদবা, লোননি তিনদবা মীরৈ-বাক্কী মীশিং অতুগী মপা মপু হৌভমগী বারি অতুবু, মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপু হৌভমগী বারিনি হায়তুনা করমনসু হায়রসিগে? রা ময়াম লৈতে অতিঙাগ তত্তনা উনতুনা কোরৌ লাইগী থৌগনবু তত্তনা তৌরিবা চিংলোন মরোন ময়াম্না কোইসিন্দুনা মীরৈবাকতগী তোঙাননা লৈরিবা মীতৈ লৈবাক হায়রিবসিগী হৌভম বারি লিখুন অতুতনা মীতৈ হৌভমগী বারিনি। মথক্তা হায়জগ্রিবা সনামহী, পাখংবগী রারিসিনা মীতৈ হায়বসিনা ওইরকপগী বারি ইসেং শেংবনি। মরমসিনা মীতৈ ইপা ইপুশিংনা লাইনিংথৌ সনামহী লাইনিংথৌ পাখংবা হায়রিবসিংসু ওনথোকনা লুনা তৌনরক-লিবনি। লুনা তৌরমমি তৌরমদে হায়বা ওদম খংনফমদি মীতৈ লৈবাক অসিদা হৌজ হৌজ হাওসিংনা লাল তারকতুনা ইপা ইপুশিং অতুবু লৈফম চাফম থংহনদনা কয়াগী মতিক অরাবা পিথ্রবনি। অমুক অমুক হাওনা তানথায়রকপা মতমদা কনাগুম্বা মতু শোনবা ইপা ইপুশিং অতুনা য়ুমকৈ মমা মপা, মতু মচা, মচিন মনাও, সন-ওক পুম্নমক মফম মরাং থংদনা চেননরকপ মতমদা লাইনিংথৌ অনিমক্কী খুবমতদি শাগোম্না পুতুনা মফম মরাং থংদনা চৎথ্রবনি। মতৌ অসুম্না তৌতুনা ইপা ইপুনা ওন-থোকনা লুনা তৌরম্বা লাইশিং অতুবু হৌজিকী মতমদা মীতৈ ঐখোয়মা মতৌ করমনবু কাওরসিবা!

১০। মীতৈ লৈবাকী মাইগৈ চিথেক মরিমক্তা লৈরিবা লমিৎ

তুমিং থরদং হায়জগে। (ক) নোংপোক পাংবদা—ইঙোরোক, কোংমরু, নোংমাইজিং লাইফমনচিংব; লৈরে, পনম নিংথৌগী মৈ হৌজিক ফাওবা চাকতুনা লৈরি। (খ) খা পাংবদা—চীংনুংহুৎ, মুগমু, বাংবুরেন নিংথৌ, মীতমউ, বায়থোং লাইফম, লাইরেম্বী সিদবীগী শায়োন ওইরিবী ইমা থোইবীগী য়াথং মতুং ইনহুনা হৌখিবা লৈথোরা লয়োন, মনিং মমাং ওয়া হৌখিবা চৈন্থু' থৌবান তোমজিন সোরারেনগী থাইনগী কোনুং, রায়থৌপাৎ, লিলোং থোংজাও, লাংথবান কোনুং অমনবা অসিনচিংবা লৈরে। (গ) সজোং পাংবদা——ঙে ৱবুং, করাকঙা, লোবতাক, কমাংদোং, নংমৈন লাইনিংথৌ কোরিফাব, কোনথৌজম লাইরেম্বী মচিন মনাও চিংলক অসিনা চিদনা লৈরে। (ঘ) নোংচুপ পাংবদা———কাংচুপ থুন, লমশাং কৈথেন, শগোনপন, উরিপোক লমফেল, তাকয়েন পাৎচাও, অসিনচিংবা লৈরে। (ঙ) অরাং পাংবদা—লাইরৈবাক কৌব্রু, কাংপোকপি, সেকমাই, লাংগোন চীং অশিরম, থোংহামপাৎ, মকোই নুংগোইচিং অসিনা চিংহুনা লৈরে। (চ) অরাং নোংপোক পাংবদা——থোরথুন, সওমবুং, থোংনাংথুন খুৱাইনচিংবা লৈরে। (ছ) মৈরম পাংবদা——পলেন, কৌসিপাৎ খুনদাচিং, থোমজোম তুরেন বাংজিং কোনুং অসিনচিংবা পুন্নমক হৌজিক ফাওবা লৈরিবনি। অসি পুন্নমক লৈন লৈনা মীতৈনা হৌভম থিবা ফংলবা হৌনদে। হায়রিবা লম পুন্নমকতা মমিংসি মীতৈয়োন মকতনা থোলিবা মিংথোননি। অতৈ অতৈ মীগী মখোয়না থোনবা মিংথোন অমতা য়াওদে। মরম অসিনা মীতৈ

লৈবাক হায়বসিতন। মীতৈগী হৌভম মফমনি হায়বসি তশেং তশেং-লবা বানি।

১১। মীতৈ লৈবাক অসিবু, মীরৈবাক্কা লৈরিবা মখল মথা য়ামথ্রবা মীশিংনা, মহোই মহোইগী মরোন মতুং ইনহুনা মহাক মহাকনা থোননিংবা মিংথোমবু থোনখি। কনা অমনা মোগলি, কনা অমনা মোগলাই, কনা অমনা মোগলৌ, কনা অমনা মেখলি কনা অমনা জঙ্গলি, কনা অমনা খায়মাটি, কনা অমনা কুশী, অমুম্না হায়তুনা অয়াম্বা মমিং থোলি। মীতৈ ঐখায়না মীতৈ লৈবাক হায়না থংজে। হৌজিকতদি মণিপুর হায়রগা পুম্নমকনা খংনরে। মীতৈ লৈবাকপু মোগলি হায়না থোনবিরিবসিবু চিংদা লৈবা মঙো-লিয়া-চায়রিবা, ফুরুপ অতুগী মচা মসুনা লৈভম মফমনি হায়দনবু হায়রিবা, থোনবিরিবা মী অতুনা খণ্ডি। থোলি থোলিবা মমিং পুম্নমক অসিমু থোনবিরিবা মী মী অতুনা খণ্ডি। অহুবুদি, মণিপুর হায়রিবা য়াহৈসিমক মীতৈগী মরোন নত্তে। ময়াং মরোন ওয়গনি ময়াং মরোন নত্ত্রে সংস্কৃত মরোন ওয়গনি সংস্কৃত মরোন লোন-বগী করিমু থংনভম খুদম ফংদে। অহন লমন লাইসিংনা লোন-নরম্বা মীতৈরোনদা সংস্কৃতগী মচেৎ অমতং য়াওই হায়বা খুদম ফংজদে। অসিনদি, মীতৈনা সংস্কৃত মরোল লৌখৎতুনা মীতৈ লৈবাক 'মণিপুর' হায়না মমিং থোনজুগদবা মরি মখোং উজদে। সংস্কৃত মরোনগী মনম ফংদবা চিংগী হাওসিংনদি মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়না থোনজুগদবা করি ময়ম লৈতে। মণিপুর হায়বা য়াহৈসিবা ময়াং মরোন ওয়রবদি, ময়াংনা থোনখিবা মিংথোনমি

হায়বসি, অরেপ্পা বানি। মচিনশৈদা য়েংলোম ওয়রম লম্বী কাও-ক্রিশৈ মতমদদি মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়বা মিংথোনসি থোলমদে হায়না অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা হায়নৈ। মাসে, অচুম্বা ওয়গনি। নিংথৌরেন ইবুঙো থাগেম্বগী হাকতকতা, মীতৈ লৈবাকপু 'মণিপুর' হায়না থোনখি হায়না অহনসিংনা হায়নৈ। অমস্থং নিংথৌরেন ইবুঙো অহুগী হাক্তকতা ময়াং হায়বসি মীতৈ লৈবাকতা থোকখি হায়না তাঈ। ময়াংনা মীতৈ লৈবাকতা থোকখিবসিদি, মখোয়গী লাইনিং লমচংপু মীতৈ লৈবাকস্থ চংহনগে হায়হুনা তৌখি হায়না লাইরিক লাইস্থ হৈবা ইবুঙো ইবেমসিংনা ওনথোকনা থোইনা হায়নরিয়ে! মপোৎপু শিংননবা হায়হুনা থাগংচবদো হৌনবনি, মাহুবু তাখিক্কবা য়াদে। মীনা থাগংলগা থাক্করিবা মী অহুতনি অপংবদি। মতিক মথায় য়ামনা থাগংপা হিদাক অহু লৈহুনা চাক্করগা য়ামনা কানরমবস্থ য়াওরি, হু ওয়রমহুনা হিদাকতু চাক্করগা কয়া নংনবস্থ য়াওরি। মাহুগী লায়কোকননবা হোংনবদা সেনগী মথৈ কয়া লংথোকনৈ। ইখুংনা সেমজব হিদাক নত্রবস্থ অনাবা ফরবদি ওনথোকনস্থ কানৈ। তাইবং পানবসিদদি, মীওইবা হায়বা অসিনা অমতা হেক মানদে। লৈপাক অমগী মীগী মরি মতাংগা লৈপাক অতৈগী মীগী মরি মতাংগা মান্নদে। অমনা য়ামনা চাওই, অমনা ওনথোকনা পিকই, শোলনি। মরি মতাং চাওবা মীদা চংনবা হিদাকতু মরি শোনবা মীদা থাক্করবদি সিবনা অহুমক লাইকোকপ হায়বহু ওইজরে। মরি মতাং চাওবমীদা থাক্করবদি সুংদা ইশিং চাইবগুমনা থোকই। হায়বদি—কানদ্রে। মহাকবিদা য়াম্না

কৈ হায়তুনা থাগৎপ হিদাকতু ঐঙোন্দা কানদবনা ঐনা লৌনিংঙুদে। অতুগুমনা ময়াং মৱোননা লাইনিংবসিদা মীতৈ ঐখোয়দা কানৈ কানদে হায়বসি মীতৈ ঐখোয়তনা খংহম থোকই। ঐ ইতোমতগী ৱাখনদদি ময়াংগী মৱোন খংজদবা মরমনা ওনথোকনা কোইবা থবক অমা ওইরে হায়না খনজে।

১২। মীতৈ ঐখোয় অসিবু কনাগুম্বনা হাওনি হায়না নিংঙি। করিনা, মীতৈ হায়বসিনদি চিংনা কোইরিবা মফমদগা লৈরে, সকমাই য়েংবদসু চিংগী হাওগ মমাননৈ। অতুমনদি ওইরগা মীতৈ ঐখোয়না হাওবুদি হাও হায়রি। করিনা, মীতৈ ঐখোয়না খংজবা অমা লৈরি, মিৎলৈ নারৈ তুরৈ তুখোংদা হাওগা মীতৈগা মানবা হৌনদে। ঐখোয়না হাও হায়রিবসিবু অতোপ্পা লৈবাককি মীনা পাহাড়ীয়া, নাগা, কুকি অসুম্না হায়। হায়বদি, —চীংদা লৈবা অচোপ অরেম খংদবা অতোনব মীনি হায়তুনা হায়বা ৱানি। মীতৈসিবু চীংথকতা লৈবনি হায়রবদি অরানবা বা অমা য়াওরে। করিনা, চীংনা কোইসিনতুনা লৈ হায়বদনি, মীতৈগী লৈফম মীতৈ লৈপাকতি তম্পাবনি। মীনা চীংথকতা লৈবনি হায়বসু মীতৈ ঐখোয়না করি হায়না অতোনবা ওইজরুগদগে? চীংদা লৈরগা হাও অতোনবা ওইরবদি, চিংদোনদা লৈরিবা লাইনিংথৌ সোরারেনবু হাও ওইগদৌরিব্রা? মীতৈদি সোরারেনগী মচা মগুনি। অমসুং 'ইন্দ্ররাজ' হায়রিবসিবু মীতৈ ঐখোয়না লাইনিংথৌ সোরারেন হায়রিবসিবুনি হায়দনসু হায়নরি। তম্পাকতা লৈরিবা অচৌবনি হায়রিবা ব্রহ্মণনচিংবা পুন্নমকনা 'ইন্দ্ররাজ'

হায়রিবসিবু ইরাং তৌনরি। অসিনদি লাইনিংথৌ সোরাঃরেন হায়রিবসি ব্রহ্মণশগী অতোনবা ওইরোইদমালে। মীতৈ হায়বসিদি সোরারেনগী মচা মগুনি হায়বসি সোইখিত্রবা বানি। কনাগুম্বনা মীতৈবু হাওনি হায়দুনা হায়বসি খংদদনা হায়জবা বানি। অদু নত্রে কলক পেনজবা রানি। তম্পাবতা লৈ হায়দুনা পুম্নমক অচৌবা নত্তে। অতোপ্পা হাওগুম্বা পিকথননা লৈরিবনি। অদু-গুমদুনা চৌংথক্না লৈবা পুম্নমক হাও অতোনব নত্তে। মীতৈ হায়বসি তম্পাক লমজাওদা লৈরিবা মীশিংগসু কন্নিসু মরি মতাং থোক্ক-রোইদবামালে, ময়াংনচিংব তমপাকতা লৈরিবা অতৈ অতৈ ফুরুপকা সক-চু মান্নদে লোনলিসু তিন্নদে। মরম অসিনা মীতৈ হায়-বসি পুম্নমকসিদগী অতোপপনি হায়বসিনা অয়েপ্পা ওইগনি। মীতৈ হায়বসি মতৌ অমনি। হাওশিংনা চৌংথকতা হৈনৈ, মীতৈ ঐখোা-য়না ঈশিং মপান নত্তনা লৈবা ওমদে। করিনা মীতৈ হায়বসি য়েলহৌভৈদগী হৌদুনা অসেং অমাং অক্ক অহেন খংনা পালকপা ফুরুপ অমনি। লমচৎ ফজদবা, চাকচা মোৎপা, অসেং অমাং, অক্ক অহেন খংদব, চৌংসুং মান্নদা লৈবা মীদুবু ঐখোয়না হাও হায়রিবদুনি। হাওশিংসু লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচা মগুনি হায়না হাওশিংনা হায়রিয়ে। মীতৈগা মখোয়গা মমা তিন্নদে হায়দুনা হায়। হাওগী হৌভম বারিসে তোঙাম্না রারি অমদা লৈত্রে। অসুমনা ওইরিবা মীতৈ অসিগী মনুংদা, নোংদম্বা লাইগী খোংলৈ অমদগী হাওনাইদগী ওনথৎলকতুনা লৈবনা অয়াম্বা ওইখ্রে। অদুমনদি ওইরগা মীতৈ পুম্নমক হাওদগী ওনথৎলকপনি হায়বদি

য়াদে। হাওদগী ওনথৎলক্লবদি হাওরোন লোনগদবনি। মতুংগী পরেংদি লৈতে, অদুনদি মীতৈ হায়বসি অতোপ্পা ফুরুপ অমনি হায়-বসি ওইরবা ৱানি। হাওশিংনা মখোয়দা তাংজদনা মীতৈ ওয়থি হায়বসি অদুম্বা ৱানি। অমুমনা মীতৈনা তাংজখিবা হাওশিংহুম্ মী-তৈগী চমু নিঙোন লৌদুনা মচামস্থু সনগ্রবনি। মচা মশু পুম্নমকস্থু মীতৈ নিংঙোন লৌথিদনা অমতা ওয়গ্রবনি। পুম্নমক চপ মান্নরে। পুম্নমকস্থু অফ ফত্ত থংবমকতা ঙায়রে। পুম্নমক পুমসেং সেংব স্নাদা তারে। অদুনা হৌজিক অসিদা মসিগী দমক থিনবসি চুমজ্রমালে হায়না নিংঙৈ। অমুমনা তোরোংনখিবসে মচিনঙৈদা লাই ওইদনা লৈরমমিবা ইবুঙো ইবেমসিংগী হাকতকতা লৌথংঙবা য়াদবা মতাং অমা ওইখিবননি। মতম অদুগী ওইখিবা ইথকনা কনখিবনমি। হৌজিক অসিদদি লম লাম্লুদবনা পামজৈ করিনা, মীতৈগী করিস্থু অরাংপা লৈথিদ্রে। লম লাম্লুবা হায়বসি তুংদা য়াম্না ৱাকাই লাকই চারো মোরোনবদগী তোরোংনরকই। তোরোংনরকপদগী লৈপাক মাঙডি।

১৩। হৌজিক অসিদদি লৌশিংতনা পাম্লিবনি। থাইনা মতম অমদা অরেপ্পা ৱা হায়বনা চৎনবী ওইরমমি। অদুগী তুংদা পাংগল কনবনা নিংথৌ ওইরমমি। অদুগী মতুংদা লন লৈবনা মথক ওইখি। হৌজিক অসিদদি থংহৈবা লৌশিং শিংবতনা য়াই-ফবা ওইরে। হৌজিক অসিদা মহৈ মশিংবু হৈত্রবদি ৱারি য়ার্মনা তাত্রবদি, লৈবাক কোইত্রবদি লমিং ভুমিং খংত্রবদি, পানবা য়াম্বা মতাং অমনি। থাইনদগী হায়নরকই. তোনরকই হায়তনা মতম্

পায়দনা লৈবা চুমল্রে। করিনা থাইনা হায়নরম্বা তৌনরম্বা পুম্ন-মক হৌজিক অসিদা য়ামনা তৈনরে, লৈথেক হাপখিবনসু কয়া ওইগ্রে। ৱাহৈ মপুংহুসু মাংখিংনা কয়া ওইগ্রে। থাইনগী ৱানি-হায়বহু হৌজিক অসিদা লেপকনি হায়বা লৈখিগ্রে। হৌজিক অসিদা চংনরিবসিগা য়েংনরগা চংনবা তিনসিনবা য়ারবদি থাইন-গীহুসু হৌজিক অসিদা চংনবা য়াগনি। অহু তৌদহুনা থাইনদগী তৌরকলবনি হায়হুনা তুং-মাং য়েংদনা চংলবদি মী অমনা মী অহুবু অপঙবা ওইনা উবিরে। চংনবী হায়বসিনদি, মতম অহুগী মফম অহুগী ঈশিং মুংশিংকী মচুং ইয়া চংনখিবমকতনি। হৌজিকতি ঈশিং মুংশিং অহু মচু অমা ওনগ্রে, লমগী মহাওসু কমগ্রে। থাই-নতৌদা নোংমা সুরগা তরানি চারমনি, হৌজিক অসিদদি তরানি সুরগা নোংমত চারে। অহুনদি থাইনা তৌরম্মী হায়হুনা হৌজিকসু অহুতা তৌহুনা লৈরবদি পানবা য়াবা থোকত্রে। পীকইতৌদা ফি থোলমদে চাওরপা ফিজোনসি মরোন মরোন তৌরকই। চহি খুদিংগী, কুমজা খুদিংগী লৈতেংসি মরোন মরোন হোংঙিবমকনি। থাইন হায়বসি অঙাং ওইবগী মতমগুম্বনি, হৌজিক ওসিনা ৱাথন তারকপা, লৌশিং মৈরা ফরকপা মতমগুম্বনি। চীংনা তমপাককা মানগ্রে পাংকুংনা অতোংবা ওইগ্রে। অসিগুম্বসিদি কয়া ওইগ্রে কয়া ওইরি কয়া ওইগদবসু লৈরি। খুহুপ তরা তৌথরগা লৈমুংদা, থাইনা অহনশিংনা সীজিনরম্বা চফু অকায়বা, ক্রোনলিক লৈরং য়ুমভম চেকপন, লাইশং মুংগী লাইনচিংবা লৈতৌবা মতমদা ফংনবী। অমুমা লৈমুংদা থাইনগী খুদম থংনরিবা

মকমদো, থাইন মতম অমদা ইপা ইপুশিংনা লৈরম্বা মকম্রি হায়ুক্‌ছুনা ঐথোম্বনা হৌজিকপু লৈমুং অদুদা চংদুনা লৈরকবাম্লাবা থৌনদে। মপাদি লৈরাইদা ওনথদনা শিখ্রে মচাম্ম মযম অদুদা শিরুদবা য়াদে হায়বা লাইগী রায়েন কম্রিস্ত লৈতে। তাইবংপানবদা চংনরম্মী হায়বা কম্রিস্ত পথাপ লৈতে মযম অসিনা উত্তায় লাংলো চাদনা মরক্তা সাখিবা বাবু ইপানা ইপুনা হায়রম্বা ওইরবস্তু মতম অহুতগী চংনবী ওইদুনা হৌজিক অসিদা চংনদবা ওইরবদি মতুংমী অমনা অঙাওবদা তাংল্লি। হোংদোকপা য়াদবা শাগোম্মবা হায়বা অমা লৈখ্রে। চয়েন তরেৎ হায়ংসি মীতৈশীদদি হোংবা য়াবা •রেং থোক্কে। মীতৈগী মশাগী কোম্মরবশুম্বনি। মীতৈগী য়েক তরেৎ, সলাই তরেৎ হায়রিবসিস্তু মীতৈগী মশাগা কোম্নগ্রংনি। শাগোম্মব হায়বসিদি মশাগা অমত্তনি। উবোক্লা কাংঙা ওইবা য়াদবগুম্ম মশাবু হোংব য়াবা হৌনদে। চংনবী হায়বসিদি মতম অতুগী ইথক্লি। ইৎক অতুনা লোইথ্রগা ইথক অনৌবা অম শেংয়দনা লাবপা ময়েক্লি। অতুনা ইপা ইপুনা চংনরম্বা ওইরবস্তু মতমগী ইথক য়েংদনা হোংব য়াবা মখৈ হোংদোকপদ ঐথোয়না কম্রিস্ত লৈথা তাক্লগদবা লৈতে। চংনবী হায়বসিদি হোংদোক হোংজিন তৌদনদা লৈরিবনি। মতম অমদা ভারতবর্ষ সিনবা থুংনা "বৌদ্ধ ধর্ম্ম" লৈরম্মী। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মহুৎত 'রামানন্দী'নচিংবা লাইনিং লমচৎ চৎনখি। অতুদগী 'শাক্ত, শৈব, গনপত্য, বৈষ্ণব' অসুম্বা হায়দুনা অয়াম্বা লাইনিং লমচৎ চৎনখি। মহাক মহাকখী লৈকম মফমদি হোংক্লোকউবগী কম্রিস্ত মথৌ লৈশিন্দে। অতুগুমদনা মীতৈগা সাগোননরবা য়েক মলাই, চয়েন

তরেৎ অমসু মীতৈ লৈবাক্কী ফুরেন লাবা অমোম চু-খোং পাং-নচিংবা লমমিং চু'মং পুম্নমকসিনা লৈরিঙৈদা মীতৈ হায়রিবসি কনানো হায়রহুনা থিনরকপবা থোইদোকনা বাক্নগদবা মরম লৈতে। পকচক্নবা তাংজক্নবা হায়বসিদি তোঙানবা বানি। মহাক্কী হৌভম সাংফম থিবদি থম্ন বাফম থোকই। মীতৈ হায়বসি মীওোন্দা পকচ তাংজক্নবা ফরুপতি থোকতে। অদুনা, মীতৈগী হৌভম সাংফম থিক্নবদা ফংলোইদবা করিসু মরম লৈতে। মীতৈগী হৌভম সাংফমদি তসেং তসেংনা লৈরিবদি। মীতৈনা মরাংদা লাইনিং লমচৎ তাংজক্নই হায়দুনা, মরাং ওইগদবা লৈতে। মীতৈ ঐখোয়না মরাংগী লাইনিং লমচৎ লৌক্নই হায়দুনা মরাংগী মপা মপুবু ঐখোয়গী ইপা ইপুনি হায়বা য়াবা বা নত্তে। লাইনিং লমচৎ হায়বসিদি মতম অদুগী চৎনবীনি। মতমগী ইথক মতুং ইন্না হোংলিবমকতনি।

১৪। লাইনিংথৌ সনামহীনা মপাবুং-সিদবগী মমি য়েংদনা তাইবং মী সেমখি হায়বসি ওইরবা বানি। হায়বদি—মহীরেন অথোইবদগী তাইবং মওং ওইরকই হায়বা বানি। হৌজিক্কী মতমদা বাময়াং চানা ইরাংনব্রবসু মীতৈ ঐখোয়গী মমুংদা অপোকপা সনামহী, পাখংবা, লৈমরেন অসুন্না হায়দুনা বাহৈ থরৎং হায়নদ্রি। খুভম য়াদনসু ইরাংনরি। লৈরিবসি লৈজে হায়বতা মঙাইরে শিং-জিন্নদবা থাংগমলে। মীতৈ হায়বসি, হৌজিক্কী মতমদা, মখুৎনা থাং সাদনা শিজিননবা হৈতবঙমগ্রে। মরাংনা থাং সাবিরবদি মীতৈদি খুৎসু খুৎলাই ওবা লেপ্পা তারি, হায়বদি, মীওোনদা

তাংজম্রবদি মীতৈগীদি লাইরিবক্সু লৈতে; লাইনিংস্সু লৈতে। তাংজবা হায়বসিদি ওনথোকনা ভোলদি হায়তুনা বনাগুম্বা ইবুঙো ইবেমসিংনা ইশৈ শৈনা সকতুনা অন্না পুক্রিং খুমখি।

"লৈসং খেকবাই নিংথিবা
লৈরাংগীদি অথোইবা,
উরাংদবু তোভিরা,
হুংশি পাওবু তমমিত্রা,
উয়েননদি তাখিদে
সুংশি পাওবু হংথিদে,
থম্মোই লৈকোন কিনথখি
মুজা লৈরাং মনথখি।"

তাংজরুবা হায়রসিমকত্তবু ঐনদি য়ামনা নুনা তৌকৈ, মীনদি থৌসারিদবগুম্বা অমতং থোকই। ইপা ইপুনা লাইনি হায়তুনা তৌরমবা অমসুং ইরাংনি, চাকথানি হায়তুনা তৌরম্বা পুন্নমকতু, হৌজিকতা থোইদোকপা উথিত্রে, তাখিত্রে। মহু পুন্নমকতু হৌজিকতা ইলৈবু লৈখিত্রে হায়রবস্তু, হেনজিননা হায়বা বাহৈ নত্রে। লাইনি হায়তুনা তৌরম্বা পুন্নমকতু লৈতবগুমত্রে ইশিং মমুংদা লৈখিবা তিংথোকগুমত্রে। কুমজা মতমগী ইচাও হায়রিবসিত্তু ওনথোক্না কল্লি, ওথোক্না তৌবা ঙম্মী। মতম অমদা মতিক মমায় কম্না লৈরম্মিবা, ইপা ইপুসিংনা মথোইদা থৌনিজরগা খুদক খুদকতা অক মুঙাই য়াইকবা পিনরমম্মিবা লাইশিংদো, হৌজিকী মতমসিদা

ঈশিংদা ইৱাকতুনা লৈথিবা সুংগুমশ্রে। ইরুপতুনা থিবনা থোকদ- মালে হায়না নিংঙৈ। লাইশিং অতুব হৌজিকী মতমদা ইৱাৎ- নৱিবা, নিংনৱিবা লাইশিং অসিগা করি থোক্লবা মতাং য়েংবে, ইবুঙোশিং।

১৫। হৌজিককী মতমদা মীতৈ ঐখোইনা নিংনৱিবা লাই- শিংসিগা, ইপা ইপু হাক্তুকতগী থুরমনরকইবা লাইশিং অতুগী করম্বা মরি মতাং থোকনবগে হায়দুনা থিনরকপা মতমসিদা, ৱারি মশা অমতং হায়জহোগে। হৌজিক মতমদা চৎনৱিবা লাইনিং লমচৎসি লৌশ্রিতৈ মমাংদা মীতৈ ঐখোয়সি লাইনিং লম্বি করম্বদা লৈরম্বা খজিকতং হায়জগে। আসাম হায়ৱিবা লৈবাক অসিদি তম্পাক লমজাও নিংথিজবা লমদম অমনি। কাছাড় অসিগী অৱাং পাংবদা লৈশ্রিবা হাফলংগী চীংশাংসি লানথোক্লগা লৈৱিবা নীংথি থোইপ্রবা লৈপাক অমনি। হৌজিকী মতমদা মীতৈ লৈপাকতা নিংথৌ পামবা অসিগুমদনা নিংথৌ অকনবা পুন্নমকনা পালম্মিবা লৈপাকনি। হৌজিকতি নিংথৌ পানথিদ্রে। ইংরেজগী লম ওইদ্রে। নিংথৌ পালমবগী কোমুং, পুথ্রীনচিংবা পুন্নমক হৌজিকসু ইকায় কায়দনা লৈরি। 'আহম' হায়ৱিবা ফুরুপ অতুনা পালমম্মিবা লৈপাকনি। আহম হায়ৱিবসিদি লৈপাক অতুদা হৌজিকসু য়ামনা লৈরি। মীতৈগা সক-চু য়ামনা মানৈ। মখোয়গী মরোন অমা তোঙাননা লৈরমমি হৌজিকতি মতু লোনথিদ্রে হৌজিককী মতমদা মখোয়না লোননৱিবা মরোনসিদি আসামী মরোন হায়বতুনি। ময়াং মরোনসিগা মমানৈ। মখোয়না মখোয়গী মরোন

থাদোকখিবসিদি চহি ৫০০/৬০০ মমাংদা ময়াং লৈপাকতগী ব্রাহ্মণ খরন্থং শূদ্র খরগা লোইনহুনা আসাম লৈপাকতা থোরকই। ময়াং মরোনসিবু অফ-মুণ্ডাইগী লোননি অসুম্বা হায়হুনা আহুমগী মরোন অহু থাদোকহনহুনা হৌজিককি মতমদা লোননরিবা মরোনসি আসামগী অফ-মুণ্ডায় থংবা পুম্নমকপু লোইনখি। মতম অহুদা, অতোনবা শূদ্র ওইরবসু, লাইপোব ওইনা পোকপ্রবা, লাইনিংদসু চেৎপ্রবা লাইরিক লাইশুসু ওনথোকনা হৈপ্রবা 'শঙ্করদেব' হায়রিবা ইবুঙোসিনা আসাম লৈপাকশিন থুংনা 'রমানন্দী' হায়রিবা লাইনিং লমচৎসি চৎহংখি, হৌজিকসু চৎনরি। মতম অহুদগি মীতৈ নিংথৌগা শনিসি মরুপকি মতমগুমনা লৈরমমি। আসামগী অসুম্বা ওইরিবা লাইনিং লমচৎ রামানন্দীসিবু মীতৈ লৈবাকতসু, নিংথৌরেন অহুম মরিদগী হৌহুনা চৎলম্মী হায়হুনা অগনশিংনা হায়রিয়ে। (ধরণী সংহিতা য়েংবিয়ু) মীতৈ লৈবাকতা 'রামানন্দী' চৎলমমি হায়বসি য়াম্না থাজগদবা খুদম লৈরিয়ে ——

১। মীতৈ ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা লাইরিক থিবগা হায়-বগা তৌরিবা, অমসুং নাম সংকীর্তননি হায়হুনা তৌরিবসি আসাম লৈবাকী ফিদম ওইগনি। করিনা——'নবদ্বীপ'কীনি মসি থিবিক লৈতে। আসাম লৈপাকতদি হৌজিকসু তৌরিয়ে।

২। অমনা——মীতৈ ঐখোয়গী উজাশিংনা হৌজিকী মতমদা সকনরিবা ইশৈগী মরকতা শকপা তাজে –

(ক) "ভকত বৎসল তোমার রামজশ গোবিন্দ রামজয়"।

(খ) " হে রাম রাম গোপাল গোবিন্দ

গোপীনাথ কৃষ্ণের চরণে লাইনু শরণ।

ব্রহ্মা আদি দেব নিরন্তরে রাম রাম রাম।"

অসুম্মা শকনৈ। (ইশৈসিদি ইবুঙো শঙ্কর দেবনা লেংবা 'কীর্ত্তণ ঘোষা" হায়বহুনা য়েংবিয়ু)।

৩। রামানন্দী চংলম্মী হায়হুনা খুদম অচৌবা অমদি—লাই ওইগ্রবা ইবুঙো সঙ্কর দেৱনা 'শ্রীমদ্ভাগবত' কি 'দশম স্কন্ধ'বু আসামী মরোল্লা 'পয়ারসনস' ওইনা লেংথোরকুমা শেমখিবা 'দশম' হায়রিবসে হৌজিক্কী মতমদা মীতৈ ইবুঙো ইবেমশিংনা খংবিদবা লৈতে। ওনথোক্লা লুপ্রবা লাইরিকনি অসুম্মা হায়হুনা লাংবন থাগী থাবুং মতুং নোংমা কোনবদুগী থাসি য়োবা ফাওবা, অমসুং মেরা থা চুপ্পসি মীতৈ উজাশিংনা হায়বগা থীবগা তৌরে হায়রগা মীতৈ লাইনিং চেৎপা ইবুঙো ইবেমশিংনা ওনথোকনা লুনা তাবিরিবনি।

৪। অমদি—মীতৈ ঐখোয়গী অহনশিংনা ইরম্বা লাইরিক্তা আসামী ময়েক ইরম্মী। ময়াংগী, ময়েক থোইদোকপা য়াওবা উজদে (র-মবুক ফাৎপিনা চিংবা)। খুদম পুন্নমকসি লৈবসিনা মীতৈ লৈবাক্তা মতম অমদা রামানন্দী চংলম্মী হায়বসি অরেপ্পা ৱানি, মসিদা চিংনফম লৈতে। হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা লাইনিং লমচংসিদি ময়াং লৈপাক্কী নবদ্বীপ হায়রিবা মুংশি থোইগ্রবা মফম অহুগী থাবুংথা ওইরম্মীবা, মীথোই মীহেনবা, লাইগী মপোক ওইনা পোকখিবা লাইওয়গ্রবা, ইবুঙো 'নিমাই'না শেমম্বা লাইনিং লমচংনি। (নিমাইনা 'ধর্ম্ম প্রচার' তৌরম্বগী ৱারি মতেক অমত্তং

থেৎচনগনি) নিমাই ইবুঙোনা নোংগাথ্রবা মতুং কাইখংদা, অথোইবা নিংথৌ ইবুঙো খাগেম্বগী হাকতকতা, নিমাইগী মচা মনাইশিংনা মীতৈ লৈবাক হায়বসিদি মহাও লৈথ্রবা লমনি হায়না থংবিখি। নিমাইনা শেমলম্বা লাইনিং লম্বিসিগী মরু থাক্লরবদি, নিংথি থোইনা চংখোননা হৌগনি হায়বা উখিদনা, মীতৈ লৈবাক্তু লম ন্নাদা তাখিবা মরু অহুনা পান্দোং চাওনা হৌরকতুনা মউ অহুদগী মশা য়াম্না কনখি মহৈ নিংথিনা য়ানখি। অসুম্না মহৈ য়ামথ্রবা লাইনিং লম্বিসিবু হৌজিক্কী মতমদা 'গৌরধর্ম্ম' হায়রিবসিনি। ময়াং লৈবাক্কী ইবুঙোশিংনা পুথোরকতুনা থাখিবা হৈ সনানি। হৌজিক্কী মতমদদি মরু চাইথখিদনা হৌথ্রে। পুথোকরকপনা ইরৈবাককী হৈনি হায়তুনা হায়নরে। মতমনা কুইরবদি হায়বা য়ারে। 'রামানন্দী' হায়রিবা, 'গৌরধর্ম্ম' হায়রিবা অনিসিনা মীতৈ লৈবাকতা তারগ্রিঙৈদা মীতৈ লৈবাকতা করম্বা লাইনিং লমচৎ চৎলমবগে হায়তুনা হৌজিক্কী মতমদা তুক থিবনা থোকদমালে হায়তুনা থোৱাই তৱাদা হংগৎচরিবনি। ঐনা থংবা মতাংসু থর থর ওইনা হায়রগে। মচিঙৈদা করি ওইরমবগে হায়বগী মরি মথোংসি থিবগী মতাং লাকলম্নালে হায়না খনজে। করিনা হৌজিক্কী মতমদা অতিঙা মাইকোই শিনথুংনা মালংবগী ঈথক অমতং লাইগী পাওজেল পুদনা ইপোম চাওনা চৎলিয়ে। মুমনা নাকোং থাংগৎতুনা তারবদি পাওসি শোয়দনা ফংবিগনি। লাইপাওসিগী পাওতাক্তি সুপনা হায়রগা মহাক মহাক্কী হৌভম থিবা মতাংনি হায়রিয়ে। তাইবং পানবদা ৱাখল থেনবা নহা ঐখোয়না খনজে

——পোকভম হৌভম থিরগা করি কানগদৌরি? মসিগী পাও-হনদি,——পোকফম থিরবদি ঐসি কনানো হায়বা খংবা শুমজে। ঐবু খংজরবদি ইথৌ তৌবা মুণ্ডাইজরে। ইথৌ তৌরবদি ঐগী থৌরম পাংজরে। ঐগী থৌরম পাংলবদি থোবায় মুণ্ডাইজরে। থবায় মুণ্ডাইরবদি য়াইফবা হায়বতু ওইজরে। য়াইফরবদি পুম্নমকপু মুংশিবা হায়বা য়াখন অমা লাকনি। মুংশিবা হায়বা বাখন লাকলবদি থবক মতোন লোমজরবনি। হৌভম সাংফম খংজরবদি ইপা ইপুনা করি লাইবু মওং করম্না নিঙম্বগে, লমচৎ করম্না চৎলমবগে হায়বসিদি মশানা অতুমক খংজভম থোকই। ইপা ইপুনা তৌরম্বা চৎলম্বা পুম্নমকসি চুমনা খংদবা মরম্না মীরৈবাকী মীনা ঐখোয়বু য়াম্না নোকনরে হায়বসি থাজবিয়ু। মীনা নোকনবদি তরাইবনি। ইপা ইপুনা চৎলম্বা তৌরম্বা থিবিকপু লাইথোকলবদি ঐখোয়গী মুণ্ডাইভম লৈতে। ইপা ইপুনা চৎলম্বা তৌরম্বা পুমনমকতুবু হায়দোক্লগা পুথোক্লগা ইকায়ফম থোকতে; লৈখা তাগনি হায়বা করিসু লৈতে। অতু পুম্নমকতু হায়নরগা, খংনরগা ওনথোকনা মুংশিবা মতাং অম্লনি। ইপা ইপুনা হাননা তৌরম্বা চৎলম্বী পুম্নমককী বারিদি হৌজিকী মতমদদি নামুংনরে। লোৎতুনা থমনথ্রে। মীনা উথকতা লৈতুনা য়েংলি, ঐখোয়না মথাদা লৈতুনা মীনা উরোইদবা মফমনি হায়তুনা লোৎপা হোৎনরি।

১৬। রামানন্দী, গৌরধর্ম্মসি মীতৈ লৈবাকতা তান্নিঙৈ মমাংদা মীতৈ ইপা ইপুদি 'য়ুমলাই' উমংলাই' অম্নমনা হায়না

অনি থোকনা নিংনরমমি, খুরমনরমমি। হৌজিকস্থ মতৌনরি। মামানন্দী চৎলকপদগী হৌহুনা 'য়ুমলাই' উমংলাই খুরমবসি থরা লোয় থ্ৰপনা তৌনখ্রে। মসি পুমনমক খুরমরসিদা অমাংবা ওইগদ্রা হায়দুনা রাখন তৌখি! মপানদি থোকনখিদে। গৌরধর্ম্ম চৎলকপসিদদি য়ামনা হেনজিননা লোনন তৌনখ্রে। গৌরধর্ম্মগী মমুংগী ঈচেন থংনা চৎপিরিবা ইবুঙো'শিংগীদি 'য়ুমলাই, খুরমবসিবু করেমনভম ওইখি। 'য়ুমলাই' হায়বসিবু করিনো, ভুংদা হায়রকে। মতৌ অস্থমনা তৌহুনা মীতৈ ঐখোয়না ইপা ইপুনা তৌরম্বা মতুংইন্না লোননা থ্ৰপনা কনাস্থ খংহনদনা 'য়ুমলাই'না চিংবা খুরুমজবসিদা, মীরৈবাক্কী মীনা, মীতৈ হায়বসি লাইনিংবা হায়বা লাই খুরম্বা হায়বা থৌরম পুমনমকসি করি অমতা তৌরমদে হায়না খনখরে। মীরৈবাক্কী মীনা খললিবদি,——মীতৈ হায়বসি মচিঙৈদা উমুংদা, লৈহুনা উহৈ-বাহৈ চাহুনা ময়ুম মকৈ মফম মফাম থংদনা, সেৎচাবা থৌওয়দ'না, উমুংদ', লৈখুনদা চিংখুন্দা লৈরমমালে হান্ননা খলি। মীতৈনা মচিঙৈদা তৌরম্বা চৎলম্বা

বকতি মখোয়না উহৌক্রবনিনা মখোয়না হৌজিক অসিদা মনিং মখা তৌনা থম্নরে। ঐখোয় মীতৈনস্থ হৌজিককী মতমদা ইপা ইপুনা অসি তৌরমমি হায়দুনা মখোয়গী মমাংদা পুখোক্কনা উৎলুবা ওমজদে ইপা ইপুনা মমাং লমচৎতা তৌরম্বা লাইনিং লমচৎকী বারিস্থ ঐখোয়না ইকায়জহুনা মখোয়দা তৌরুবা ওমজদে। ইপা ইপুনা তৌনরমবনি হায়দুনা ঐখোয়না থরতং লোম্না থ্ৰপনা তৌহুনা য়ুমলাই খুরমজবসিবু ময়াং লমহেনবা কনাগুম্বনা কুপশিন

থিজনা য়াহুবু উরুরে হায়রগা মনপ মতিন তানা নোকনরি। মথোয়না নোকনবসিনা অমুক হন্না তৌগদবস্তু হংগোইজরে। ঐখোয়না তৌরিবসি লালমালে, হি অনি তোংবা থোকলব্রা হায়বা ৱাথন অমা তৌজরি। ইপা ইপুনা মচিনতৈ লমচৎতা তৌরমবা খিবিকসি হৌজিকতা চংনব্রমা:ল, মাসি খিবিকসিবু থাদোকপা থোকপ্রা হায়বা সিংনবা ৱাথনসিনা মপুং ওয়থ্রে। অহুমকপু কনাগুমবা মপা মপু নিংবা ইবুঙো ইবেমসিংনা লাইখৌনি হায়দুনা তৌজরিয়ে। ঐখোয়না ঐখোয়গীনি হায়দুনা অমতং তৌথিদবসিবু উবদা মীরৈবাককী মীনা, মীতৈ হায়বসিদি মমাং লমচৎতা করি অমতা থওমদে, য়ামনা তোপনা লৈরম্মী হায়দুনা মথোই কানা হায়নরিবনি। মীরৈবাককী মীনা হায়জবস্তু হায়জবনি, মীতৈনা 'য়ুমলাই' হায়বা ৱাহৈ অমতং হায়নরকলে। য়ুমলাই হায়বসিবু মীতৈনা থাদোকপা ঙমগদৌরিব্র? ৱাথন তৌহনা য়েংবীউ। য়ুমলাই হায়বসি করিবুনো অমুকং থনথবিউ। পনবিরকপা মতমদ 'য়ুমলাই' হায়দুনা নিংশিংবিরকপসিদি ওনথোকনা থৌরায় সোকই। মরম অসি লৈবশা অপোকপা ফুরুপনা হায়রৈ

মযুম লাইদি পিজদে বামোন লাইদা কৎখরে,
অপোকপদি মপারেন মীতৈ কুমৈ উথরে॥
পনজিরমলাই মতমদা নিংজগনি হায়খিরে,
অপোকপদি লাইনিংথৌ কপনা কপনা হনখিয়ে॥

মচা মনাইনা থৌসাথিদনা চাদ থকতবনা য়ুম লাইদি হকচাং য়ান্না ইংনা লৈথ্রে মাঙোন্দা তেকথরুদনা থবক য়ারয়োই। নিংনমিবা

লাই ইবুঙো, দারুব্রহ্মগী পাটাসন মখাদা মিং ইতুনা থমনরসি, অসি অমা লাংভম কোকনরসি। 'য়ুমলাই' থুরমুদনা করিবু কান-রুগদগে। মীতৈনা য়ুমলাই থাদোকপা ওম্বগী মরম লৈখিদ্রে। থাবা ওমদ্রবদি করি লৈবগে হায়রবসি থনবনা থোকপ্রা হায়না নিংজে। মীতৈরোন খংদ্রবদি য়ুমলাই হায়রিবসি করিবুনো, খংভম থোকতে। মহাক মহাক্কী মরোনদা ওইথিবা লাইবাবু হোংবা য়াবা হৌনদে। মহাক মহাক্কী ফুরুপকী হৌমিনরকপা লাইরোন হায়বসি পুম্নমককীসু লৈরিবমকতনি। মীতৈগী লাইরোন লৈরি, বেদগী মন্ত্র লৈরি। বেদনা 'অহং' হায়রি, মীতৈনা 'ঐ' হায়রি। বেদনা 'ওঁ' হায়রি, মীতৈনা 'হুঁ' হায়রি। থোরম পুম্নমকতসু মরমদি অমতা ওইরিবনি, মরোনদবু তোঙানজরুবনি। মরম অসিনা মীতৈরোননা লাইসোনবা য়াদে হায়বসে হায়নমুসি য়াম্না নামুংগ্রবা বানি। মীতৈরোন মাংঙি হায়বসি বাকায় অচৌবা অমনি। মীতৈরোন মাংলবদি মীতৈনা লাইনি হায়তুনা তৌরিবসিসু মাংঙি হায়বা বানি।

১৭। লাইনিংথৌ সিদবা হায়রিবা, লৈমরেন সিদবী হায়রিবা, লাইনিংথৌ সনামহী, লাইনিংথৌ পাখংবা হায়রিবা লাই পুম্নমকসি মীতৈগীদি ওনথোক্লা লুপ্রবা লাইনি হায়না অহন-সিংনা হায়নরিবনি। বেদনা 'ব্রহ্ম' হায়রিবা অতুগী সারোননি হায়তুনা হায়নরিবনি লাইসিংসিবু লাইথোক্লবদি বেদ'গী 'ব্রহ্ম'বু থৌওইদবা হায়বতু ওইরিবনি। লাইসিং অসিবু 'য়ুমলাই' অসুম্না হায়না খংনরিবনি। তেংবানবগী মপু ইবুঙোদা মতম অতুগী মকম

অচুগী ফননবা হায়রিবা মরোং অমম্ম ওইহনা সংরোন ওয়খিবম-কতনি। মী ভগীদা মীতৈনা লাইনি হায়না খংনখি, ময়াং লৈপাকতা ময়াংনা লাইনি হায়না খংনখি। মতৌ অসুমনা তেংহনা ইবুঙো মহাকনা লৈপাক লৈপাক খুদিংদা মতম অমম্ম মতমদা তাইবং পানবগী ফননবা হায়রিবা সায়োন ওইনা পোকখিবনি। 'গীতা'গী 'চতুর্থো-হধ্যায় জ্ঞানযোগঃ'তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হায়রি—

"যদা যদা হি ধর্ম্মস্য গ্লানির্ভবতি ভারত।
অভ্যুত্থানমধর্ম্মস্য তদাত্মানং সৃজাম্যহং ॥ ৭॥
পরিত্রাণায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥ ৮॥"

কৃষ্ণ, বুদ্ধ, গৌরাঙ্গ হায়রিবসিসু তেংবাংনবগী মপুগী সায়োননি হায়না ময়াংনা হায়রিবনি, মীতৈ ঐখোয়না মাদুবু য়াদবতোদে; মীতৈ ঐখোয়গী লাইনিংথৌ সনামহী, পাখংবা হায়রিবসিসু তেংবানবগী মপুগী সায়োননি হায়বসিদা ময়াংনা থাজবিদে। মখোয়গী অসিথনা অথোইবনি হায়রিবা লেপনশ্রে। মীতৈগী কুমলাই হায়রিবসি বেদনা 'ব্রহ্ম' হায়রিবা অচুগী সায়োননি নতে হায়বসি ইবুঙোসিংনা লোননরিবা লাইরেন অচুদা অচুমক য়েংবিরো। (ঐসু ঐনা খংজবা লাইরোন থরতং হায়জগে) অসুম্মা লুপ্রবা লাইসিং অসিবু, ইলাই লাইখোকনা লাইমাংনি হায়রিবা থুনামবা রাখন অচুনা মপুং ওইবিহনা লৈখা তাহনখিবসিদি থোরাইনা ওনথোকনা পামজদে। নশা ইশাদসু লৈরিবা লাইবু লাইমাং ওইরবদি নং ঐহাকতি কয়ম্বা লাইরান লেংদোকদোরিবা থম্মসি। ঐগীনা করম্বনো, চুমিংতি, অমতনি,

মরিদি ময়াম্বি হায়না লাইনিং অহনসিংনা লাওথ্রিবনি। অতুমনদি ওইরগা ময়াংগী, মীতৈগী হায়বা রাথন অনিদনি। ময়াংগীদা ময়াংনা খজি, মীতৈগীদা মীতৈনা থজি। অনিসি অমতা ওইবা য়ারোইয়ে ইবুঙোসিং! মীতৈনা হৌজিক্কী মতমদা ময়াং মরোনদ, তাংজদনা 'একাকার' 'একাকার' হায়নরি, হায়বদি অমতা ওইরে? অমতা ওইরে? হায়হুনা হায়বা ৱানি। ময়াং মরোনদা তাংজহুনা ইসৈ সকখিবা; ময়াং মরোনদ তাংজহুনা লাইসোন সোনখিবা, ময়াং মরোনদা তাংজহুনা লাইনিং লম্বী থিখিবা; মতম অতুদগী হৌহুনা তিনবা য়াদবা ময়াংগা তিনথ্রে হায়বসিদি মীতৈ ইবুঙো ইবেমসিংনা করি অমতা খংবিখিত্রে। অস্নুমা তোরোংনরকপসিবু চহি ৬০ হেলক্রে হায়বসি করি অমতা হনবিখিত্রে! ময়াংগী লাইনিং অহনসিংনা পুথোকখিবা 'যোগ সাধন' হায়রিবসি লাইনিংগী অফবা লম্বিনি। মীতৈ ঐখোয়গী লাই অতুবু লম্বিসিদা চৎহুনা থিরগা ফংঙোই হায়বা করিস্নু লৈতে। মীগী লৈকোনদগী পুরকপা লৈহুবু ঐগী লাইদা কৎপা য়াদে হায়বা করিস্নু লৈতে ঐখোয়না তৌরিবসিদি মীগী চুখোং য়ানবিবনি মীগী চুখোং য়াল্লুরগা ঐগী চু ফবা হৌনদে। মফুদেকতা মীতৈ ঐখোয়না মাংজি, সেংজি হায়হুনা পংলাওদা লাওনরে। অমাংবা হায়বা অসেংবা হায়বহুদি তোঙাননা তাদনা লৈহৌরে। 'ইসিং' হায়রবদি মাংজি, 'পানি' হায়রবদি সেংজি হায়বগুম্বা রাথন অমতং তৌনথ্রে। মীগী মমা পুকন্নুংগী মরোনবুস্নু ইলাই লাইন মাংজি হায়নরে। মীগী মমা পুকন্নুংগী মরোনবু মাংজি লোনগস্নু হায়হুনা থিংগদৌরিবা মুপী

নিপাসি লৈজিরিয়ে। তাইবং মীদি থমলদনা নোংমন্থা লাইনম্নু থিংবা ঙম্বা হৌনদে। অতোপপা ফুরুপকী মী অমনা মীতৈরোন মাংঙি হায়দুনা হায়বদো লোম্না থুপনা হায়জবনি। হৌভম সাংবম তিনরিবা, মরোন ইরোন তিনরিবা ফুরুপ অমত্তগী মনুংদ মরোম্না সোনবা লাইসোনবু লাইসোন তিনদে হায়রবদি মরা ছাদবা ৱাথন অমত্তং য়াওরবা হায়না খনজে। হৌভিকী মতমদা মী মরোম্না লাইসোন সোনবদা লাইসোন তিনরে হায়বসিমকতনা মীতৈগী মনুংদা য়ামনা মরাং হৌনরে। ৱাখন তানরবদি কিরিম্নু ইশৌ লাংনরোই। মীতৈনা, মরোম্না লাইসোনজবদা কনাগীদা তাংজরবা নত্তে, চুমনা মীতৈরোনতনা সোনজবনি। লাইনিং লমচৎতি, হিন্দুগীদা অদুমক হাজরিবনি। হায়বদি—শক্ত, দাস্য, বাৎসল্য, সৌখ্য, মধুর হায়রিবা কম্বি মঙাসিগী মনুংদা অদুমক লৈজরিবনি।

১৮। হিন্দুগী লাইনিং লমচৎ অসিনা ঐখোয়না ৱায়েক থরা চংজে—ৱায়েক চংজবদনি থাদোককে হায়দুনা ৱৌজবদি নত্তে। ৱায়েক চংজবদি অসিনি :—

(ক) হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা মসা য়ামদ্রে হায়বদি—শাক্ত, শৈব, বৈষ্ণব, গানপত্য, ব্রাহ্মা অসিনাচিংবা ময়াম লৈদ্রে। মহাক মহাকী ফননবা শেমগ্রবমকতনি। মহাক মহাকনা নিংঙিবা লাইসিং অদুগী মরোংদি অমগা অমগা তিনদে। মহাক্তীনা হেল্লি হায়দুনা অতৎপা লৈতনা লাওনদ্রে। মখোয়গী মনুংদা অদুবু অমনা য়াদে। মখোয় ময়াংগী মনুংদা অমগী লাইবু অমনা য়াদবদো

হিন্দুধর্ম ওৎপিবা মীতৈ ঐখোয়না অমুক য়াদবা লৈতে। মখোয় করি লৈবগে হায়দুনা লুনা য়াথন তৌনবা মতাং য়ৌরে হায়না খঞ্জে। মীগী কোন ফেঙ্‌বনদি মীগীদমক কানবা ওয়থি। লৈজদবা ঐগী খজিকতং অহুৎ নিংথিনা সিজিন্নরগা মীনা কি—হংগোইবা হৌনরে। লাইনিং লম্বিদা ইপা, ইপুবু তৌরম্বা থরতং অহুৎ নিংথিনা তৌথিনা সিজিন্নরগা ফজরকদবনি, থোইগৎলকদবনি। লৈত্তবু লৈননবা হোৎনরগা লৈরকলিবমকতনি। চংথেম্না লৈরমদে হায়বতনি। মহৌসাগী থরদং লৈরম্বা অহুদা লৈতেং হাপচিনবিরগা হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা গৌরধর্ম হায়রিবসি মনুংগী ঈচেনগা অমতনি। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরিক লৈতে হায়দুনা হায়নরিবসিসু ইবুঙো ইবেমসিংনা তৌবু তৌবিরগে হায়রবদি লাইরিকনা থনজম লৈরোইদবনি। ইবুঙো ইবেমসিংনা খংবিরিবা য়ারি পুন্নমক অহুগী মনুংগী ইচেন করি লৈবগে হায়দুনা থিখিরগা,ময়োন অহুদগী সন্দোকদুনা লেংথোকপিরবদি য়াম্নমথিদুনা লোইসিনববু ওমবিরোইদবনি। তেবানবগী মপু ইবুঙোগী মতিক ময়ায়বু হায়বগী অরোইবা নায়বা নাতে। শূদ্রনদি ভনস্তা ওইরগা মীতৈ ঐখোয়না ভনস্তা ওয়কদে হায়বা করিসু লৈতে। ময়াং হায়রবসিনা লাইরিক লাইসু লেংবদা মখোয়না মানগ্রবদুদ, অমসুং লাইনিং লম্বি অসিদা, মীতৈ ঐখোয়না মখোয়গী ময়োনবা তাংজখিবসিদা, মখোয়না হায়রিবসিতনা অচুম্বনি হায়বা য়াথনসি, মীতৈ ইবুঙো সিংনা কয়া পায়বিগ্রে। মীতৈনা লাইরিক লেংদুনা ভনস্ত ওয়রবদি নায়ুংঙ হায়বগুম্ব' য়াথন অমতং তৌবিগ্রে মসি য়াথন অরীবনি, হৌজিক্কী

মতমদা চংনবা য়াবা য়াথন নত্তে। অপোকপা মরুপনা হন্দক শেমকলিরা লৈপাক অসিদি, অথংবা অহেন্না ইবুঙো ইবেমসিংগী লম্বী থোনজরিবনি। লাইনিং লম্বীদা ময়াং মরোন নত্তনা কনি অমত্তা য়াদে হায়রিবা য়াথন অহুভবু থাদোকপিহুনা ইমারোনবু হেনবা লৈত্তে হায়বা য়াথন খনথবিহুনা ইমারোয়া লাইরিক লাইস্নু পুম্নমক ইসিনবিহুনা ভনস্তা হায়বহু ওইরিবো হায়হুনা অপোকপা মরুপনা তংত'না লাওজরিবনি। মীতৈরোনতনা লাইরিক লেংবসিদা অমস্নুং ময়াংনা ইশ্বর ইররিবহুবু মীতৈ ঐখোয়গী ইরোনন। ভেং-বানবা মপু হাঋবসিদা ময়াংনা পাপ হায়রিবহুবু পুগদবা ওয়রবা, নরক হায়বহুদা ভাগদবা ওয়রবা, ইবুঙো ইবেমসিং, কনস্থা লাই-মাদনো য়াসকচো হায়বস্নু য়াসকচগে, পাপ হায়রিবা নরক হায়রিবা পুম্নমকতু ঐ ফংবা ওয়জগে। মীতৈরোননা লাইসোন সোনবদা মীতৈ-রোননা লাইরিক লেংবদা নামুংবা হায়বহু ওয়রবদি মীসি থিনা সিব হায়বহু ঐ ওয়জগে, মকম খংদ'না মাংবা হায়বহু ওইজগে। অহু নত্রবদি ভরাগী থোগন তৌদ'না লাইগী খুয়া তানজগে। মীতৈরোন হায়রিবসিদি ইপা ইপুনা লোয়রম্বা মরোননি। ইমাগী পুকস্নুংদা লৈরিঙৈদনা সানজরকলবা সাজেননি, কাওগে থাগে হায়বস্নু য়াবা লৈথিত্রে। থাবা য়াদবা মরমদনী, মসিগী ফিরেপ অমতং লেপননবা হায়হুনা থোরায় ভরাদা নিজরিবনি।

৩৭। মীতৈ ঐখোয়না মীতৈরোনসি থাদোকপা য়ারোইদবা মরম য়ামনা লৈত্রে। মীতৈ ঐখোয়গী লাইরা লাইরোন হায়রিবসি মীতৈরোনদা মপান নায়দ'না লৈত্রে। অপোকপা,

মীতৈ মীতৈ হায়বিরম্ন    মীতৈ লৈপাক পমবিরম্ন ।।
মীতৈরোনবু মাংলবদি    লাইর্নোনববু য়াত্রবদি ।।
থমোই লৈরোন কায়খরে    পুক্নিং য়ামনা মৌথরে ।।

য়ামহী, পাখংবা, লৈমরেনমচিংবা পুম্নমকসি মীতৈ এখোয়না থাদোকপা ঙমগদবা খুভম নত্রে। থাবা য়াথিত্রবা কাওবা য়াথিত্রবা থিবিকসিবু লাইথোক্লবদি ইপা ইপু মীরাইবা ওইগত্রা, অমস্নুং মীতৈরোনস্নু শেংবা ঙমদা; ময়াংরোনদম্নু তাবা ঙমদত্নুনা মরক সয়ক ওইরগত্রা হায়ত্নুনা কিজবা মরমনা ইবুঙো ইবেম শিংগী থুয়া থাদা চংত্নুনা হংগৎচরিবনি। মীতৈরোন চাওখৎননবা তৌরবদা মীতৈ এখোয়গী অকায়বা ওইগনি হায়না নিংজৈ। মীতৈরোন অসিবু মীতৈ এখোয়গী ইপা ইপুমকনি হায়না নিংবসিবু থোইদোকনা অকায়বা ওইরোইদমালে হায়না খনজৈ। ভেংবানবসিদা অতৈ অতৈ মীগীদি মহাক মহাক্কী মফম থংনত্রে। সোথহৌরিবদি মীতৈ এখোয়তনি। ওনথোকনা কনহৈবা, ওনথোকনা লৌশিং শিংবা, ওনথোকনা কজ থোইবা মীতৈবু লাইরবগী অনথিনা নৈথংত্নুনা লৌশিং মরা তাবা ঙমথিত্রে। থংদবা হায়বসি ওনথোকনা তোল্লি। লৌশিং ওইগদবা মফমদি লুপা পৈশা নত্তনা য়োৌবা ঙমথিত্রে। নোংমরিক ময়ামনা চুরগা পাংচাও থললি। খুন খুম খুদিংদা তরা তিনত্নুনা বাশকনত্নুনা নোংমগী চাননবা চরাদগী চেং খুৎপায় অমমম থমনরগা মত্নু য়োনথোকথিব পৈশা অত্নুনা তরা তিনদনা থবক অমতং হৌরবদি লাইরবা লমচৎ সোইদ'না কোক্লনি হায়না

নিংঙৈ। লাইবকনা য়াদে হায়বা ৱাসে, ঈন সেগাইবনা খোনবগুম্বনি। লাইবক হায়বসিদি তৌজংনগী মতুং ইনবনি। থোৱাই খুবাক্তা হাপজুনা লাইরিক লাইস্নু তমখিবা ইবুঙোশিংনা লৌশিংসি খর মহেক্তি লাইরবা লাইনা মখোইদা থোইদোকনা ঙাকবা ঙমদে। অমদি লৌশিং কংখিজুনা তংক্ত'নস্ন চৎলিবা মীদো মবুক চাকতদি ৱাংতে। ইপা ইপুনা খোং চোৎলগা চিন চোৎলি হায়বা ৱাক্নুনি। মীতৈ ঐখোয়গী মফম থংব: হায়বসি হৌজিক অসিদা ওনথোকনা অরুবা থোরম অমনি। মীতৈ ঐখোয়গী হৌভম অসিবু হেক হায়বা ঙমক্রবদি, মীতৈ ঐখোয় অয়েম্বদা তাগদৌরে। মরম অসিনা মীতৈ হৌভম ৱারিসি ইবুঙো ইবেংশিং পুম্নমক্না তাবিগদবা ওইয়ে। মীগীদা তাংজবা হায়বসিদি নিপা মচাগী থোৱাংদি থোক্কে। নোংমদা পোকপা মচানি অনিরক সিবা হৌনদে। নিংজিংননা লৈবা হৌনদে। লমমকতা শিবা হৌনদে। ইয়োন লোনচুনা শিব হায়বসিদি ইমুমদা শিব কৌই। মথক মখা ওনখিবা ৱাহৈ হেনজিনখিবগী অয়োন অরান পুম্নমক ইবুঙো ইবেমশিংনা ঙাকপিয়ু। খুবাক লইখন সান তরাবু খুরমজে।

তরাগী থোগন চৎচরিবা।
N. phula.

## [illegible]

২৬। মচিৎদা মীতৈ লৈবাকতা য়েক তরেংকী য়েক্না অতৈ লৈরমদে। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র হায়রবসি মীতৈ লৈবাকতা লৈরমদে। নিংথৌরেন ইবুঙো খাগেম্বগী হাকতকতগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রী, বৈশ্য, শূদ্র যুক্রপ মরিসি থাইনা মীতৈ লৈবাক্তা পাখথি হায়না থবক্কী সংহিতদা হায়রিবে মহৈ ১শিং ময়াং লৈবাক্কী মীনা মখোয়গী লাইনিং লমচৎপু মীতৈ লৈবাকতা সন্দোকে, য়েনখোকে হায়দুনা মীতৈ লৈবাকতা থোরকপদগী মীতৈ লৈবাকতা যুক্রপ মরিসি থাইথি হায়না তাই। মতম অতুদদি ময়াং লৈবাক্কী ময়াং হায়রিবসিদি লাইরিক লাইসু য়াম্না মৈরা চাওনা যুগৎলকপা মতমনি, মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুদি লাইরিক লাইসু খোইদোকপা খোসংদবা মগুদা লৈরম্মী। লৌশিং চঙখ্রবা ময়াংশিং অতুনা মীতৈ লৈবাকতা তৌনরমদবা লৈনরমদব পুম্নমক পুথোকখি। মখোয়গী মরৈবাকতা ব্রাহ্মণনচিংবা যুক্রপ মরি থায়ন পনবগুদনা মীতৈ লৈবাকতসু পালহললি। ব্রাহ্মণ হাযরিবসি যুক্রপ মরিগী মকোক্নি। মখোযগী মখৌদি লাইগী ইরাং থোগন তৌবা, অমসু মথা পোলিবা যুক্রপ অহুমমকপু লাইনিং লমচৎ লম্বিনচিংবা তাকপিবসি মখোযগী মথৌনি। অমসুং লাইরিক লাইসু লেংবা অক্ন অহেন পুম্নমক তাকপিবা মখোয়গী থবকনি। ব্রহ্মা থক্তি হায়দুনা মখোযবু ব্রহ্মণ কৌই, হায়বসিদি সংস্কৃত মরোননি মীতৈরোননা তেংবানবগী মপু অপোকপা হায়রিবসিনি। ময়াংগী মীহৌরোননা হায়রি, —ব্রহ্মগী মচিনদগী ব্রহ্মণ পোকখি। মচিনদগী মী পোকপা হৌনদে; রাহৈ

ওইরুগনি? সোরারেন হায়বসিদি ব্রাহ্মণগী মখা ওইবদি থাকতে। মীতৈ হায়বসিনা ব্রাহ্মণনচিংবা কুরুপ মরিগসু মরি মতাং থোক-নরবদি হাওসিংগসু কুরুপ তিনরবদি মীতৈ হায়বসি তোঙানবা কুরুপ অমনি হায়বসি থাংগৈ, সেংলবা বানি।

২১। হৌজিককী মতমদা মীতৈ ইবুঙোসিংনা পুক্রিংদা য়াম্না রানা রাখম তোনরিবদি,—

(A) মীতৈ লৈবাক অসিনা মহাভারত'তা—হায়রিবা মণিপুর হায়বহ্ন ওয়ত্রবদি,

(B) মীতৈ হায়বসিনা বভ্রুবাহনগী মচা মসু ক্ষেত্রী হায়বহ্ন ওয়ত্রবদি; মীতৈ ঐখোয়সি আর্য্য হায়বহ্ন ওইবা ঙমমোইদৌরে, আর্য্য ওয়ত্রবদি মীতৈ ঐখোয়সি অতোনবা কুরুপকী সাগৈ ওয়বা ভারে হায়হুনা থৌরাই য়াম্না রানা লৈনরিয়ে। চিংথকতা লৈবা লাইনিংথৌ সোরারেন হাও অতোনব ওত্রবদি করি হায়না থৌরাই রাজরুগদগে? আর্য্য ওয়রোইদৌরে হায়না থৌরাই রাবিরিব-সিনদি কনাবু আর্য্য কৌবগে হায়বসি খংলগা পুকনিংগী করাবা পুম্নমক কোকবনি। আর্য্য হায়রিবা বাহে অসি সংস্কৃত ব্য করণগী খ ধাতুদগীনি! খ হায়রিবসিদি 'চৎপা' হায়রিবসিনি। মচিনঙৈদা আর্য্য হায়রিবসিনা মফম অমদগী মফম অমদা চৎতুনা লৈরম্মী। সল-ওক; হাৱেং য়াও, মহু মচা পুম্নমক পুদনা মফম অমদগী মফম অমদা চৎলি। মখোয়গী অহানবা লৈভম মফমদি হিমালয় চিংগী অরাং পাংবদা, রুশ হায়রিবা লৈপাক অহুগী থা

পাংবদা লৈরিবা, কোকেশিয়া লৈপাক অহুনি। মতমদা কুইরকপনা লমগী মহাও চম্লকতুনা পোৎচৈগী মহৈ মরোং কৌরকপহুনা নাপী শিংবীন্থ হৌবা মালক্লহুনা, মকম অহুদা লৈবা য়াদবা মতাং অমা ওইরকলহুনা মকম অতৈ ওতৈদা থোরকই। মখোয়গী ফুরুপকী মীনা য়ামসিললকতুনা, লৈতম চননরকহুদনা, ফুরুপ অমমম খায়-খিদনা চায়নখি। খর অমনা ইউরোপ লৈবাক রোমদা চংখি, খর অমনা এসিয়া মাইনর রোমদা লাকই। খর অমনা ভারতবর্ষ রোমদা থোরকই। ইউরোপ লৈপাককী ইংরেজ, জর্ম্মন, তুরস্ক অসিনচিংবসি মখোয়গী মচা মস্থনি হায়হুনা হায়নরি। ভারতবর্ষ রোমদা লাকপা খুপুহুনা অহানবদা পঞ্জাপ লৈপাককী সিন্ধু হায়রিবা তুরেন অচৌবহুগী মপানদা তাখি। মতম অমদা মীনা য়ামশিলকতুনা ভারতবর্ষ লৈপাকী অয়াম্বা মকমদা শিন থংখি। সিন্ধু তুরেনগী মপানদা তাখি হায়হুনা মখোয় অহুবু হিন্দু হায়না খংনখি। হিন্দু হায়বসি মতৌ অস্থমনা ওয়রকপনি হায়না হায়নরি। হৌজিকী মতমদা হিন্দু হায়না খংনরিবা পুম্নমক অসি আর্য্য হায়রিবা ফুরুপ অহুগী মচা মস্থনি হায়না খংনরি। আর্য্য লাকত্রিঙৈদা ভারবর্ষদা মহৌসানা লৈরম্বা খুপুহুবু অনার্য্য কৌই। অনার্য্য হায়বদি, আর্য্য নতব ফুরুপপু হায়বনি। অনার্য্য পুম্নমকস্থ মতম অমদা হিন্দুগী সাইনিং-লমচৎ লৌখি। আর্য্যগা চারৌ মৌরৌনবা য়াওখি। আর্য্যগা অনার্য্যগা য়েৎনথিবা অহুদগী সাগৈ ফুরুপ চেংথেংকখি। হৌজিককী মতমদা ভারতবর্ষদা চণ্ডাল, কিরাত, ভিল, কোল, জাবির সাওতাল অসিনচিংবা পুম্নমকসি ভারতবর্ষদা মহৌসানা

লৈরবা ফুরুপ মকতনি। ভারতবর্ষ কুলাকতা আর্য্য, অনার্য্য হায়বসি মতৌ অমুম্না থারখি।

২৮। হৌজিক মতমগী অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা চিংথক্কা লৈরিবা মীয়ামবুদি মঙ্গোলিয়া হায়রিবা ফুরুপ অমুগী মচা মমুনি হায়মুনা হায়মিক্লে। মঙ্গোলিয়া হায়বসিদি আর্য্যগী মক ভোঙাল্লি।

(ক) মঙ্গোলিয়া হায়বসি লু-তাং কেননি, চেকসিললি। কোই লাংকপ হৌই; তু য়াম্না লিকনা পানা হৌই, সম তিতি, মিৎ খুই, চাইরং চাওই, মাইদি পোমথা হৈথানৈ।

(খ) আর্য্য হায়রিবসিনা চাও সাত্তি, লু-তাং চাওই, সম খোয়রপ তাই, ভম পায়, মিৎ চাওই, চংখোলদি থমাললৈনা মাদি, নাতোন সাত্তি, তুননি, কোদি, তু-কোই চংখোল্লি, হেক য়েংবদা সিং হৈবগী মওং মাদি।

নোংচুপকী লাইরিক লাইস্রু হৈবা ইবুঙোসিংনা ঐখোয় মীতৈ-বুস্রু মঙগোলিয়ানি হায়মুনা হায়রিয়ে। মঙগোলিয়া লায়রি-বসিবু মখোয়মা অতোনবা ফুরুপকী মীনি হায়মুনা হায়বা লৈতে। আর্য্যগী ফুরুপ নতে হায়বতনি। আর্য্যনা লৈরিবা লৈপাক্কা অতোনবা ফুরুপকী মীস্রু লৈবগুম্না মঙগোলিয়ানা লৈরিবা মফম চিংথক্কস্রু অতোনবা ফুরুপকী মী পিকথননা লৈরিবনি। লমচৎ য়েংমুনা অচৌববু অচৌবা হায়নৈ, পিসকপু পিসক হায়নৈ। থাদী; অপান হায়রিবসি মঙগোলিয়া মকতনি। হৌজিক মতমদা থাগী হায়রিবসি মুংথিন পোপরাইগী মুমিংনি হায়রিবনি অপান হায়রিবসিনা মৌনা হুনদোরকপা কোয়ৌ লাইনি হায়না

হায়নরিবনি । ভেংবানবদা নিংখিবা কজবা থুখোরকপসি থাগীনা মহাক্লদে হায়না হায়নরিবনি । হোডসোন হায়বা সাহেব অহুনা থাগী লৈবাকপু সোরারেনগী লৈবাকনি হায়হুনা হায়রমী। মখোয় অসিবু অতোনবা কুরুপকী মীনি হায়হুনা হায়রকরবনি তাইবং পানবসি মথক মথা থোক ওনগদবনি। হায়বদি থুমিং হুমনিগী মথুংদা লাম হৌগদবনি। মীতৈ ঐখোয়গী থুমিংনা চায়থব্রহুনা লৈত লাইরনা লাইরিক লাইসু তমজবা ওমখিরে হায়হুনা মীনা ঐখোয়বু অতোনবনি হায়গদা ঐখোয়না থুম-হংহুনা লৈরবা য়াদে। মতম অমদা থাগীবু ওমমি হায়হুনা থাগেংবা নিংথৌ হায়দনা হৌজিক কাওবা মীতৈ ঐখোয়না শোয়রি। মীরৈবাকী মীনা ঐখোয়বু অতোনবনি (হাওনি) হায়দনা থননরিবসি অতৈ মরমনা নত্তে, তেংবানবাসিদা চিংদা ভম্পাক্তা লৈরিবা থুম-মকসু লু-হেনবা, মহৈ মশিং চপ চানা তমহুনা লোইরে; অতোনবা হাওদদি মহৌসাগী মহৌসা অহুমক লৈরে। অহুও-মদনা ঐখোয় মীতৈসু হৌজিক কাওবসিদা স্কুল কলেজগী মনাক নকচরবা ওমদবা মরমদগী মীরৈবাকী মীনা বাথম নতবা থন-বিরবনি। মীতৈ ঐখোয়না লাইরবা মরমদগী স্কুল কলেজগী মনাক নকপা ওমজদে হায়বসিদি মীরৈবাকী মীনা ওবিখিরে। মরম অসিনা লাইরবা কোকননবা লপ্পি থিদবা য়াখিরে। হৌজিক মতমদা অচৌবা ব্রাহ্মণ ওইরবসু লাইরিক লাইসু হৈত্রবদি জ্ঞান বিজ্ঞান থংনব্রবদি, ইনাক কৈরাক থুনব্রবদি মীয়াম লৈদমসু কানব্রে; অকবা সাগে ওইদনসু মীনা থংবিরে। সোরারেনগী মচা মসুনি

হায়মনসু করি তৌরগনি, কনানা থংবিগনি। ব াক্ষণনি হায়হুনা কনানা উসিংপিগনি।

হৈয়বদা, শিংলবদা, ইনাক কৈরাক থুললবদদা মীনা থংনিয়ে। অদু নত্রবদি মুংথিন পোপোপতা মীনা উবা ক দবা মতম অমা ওইরে। মীমা হাওনি হায়হুনা হাও ওইকগদবা নতে, ক্ষেত্রিনি হায়হুনা চাওখৎলুগদবা নৈতে, মোয়ারেনগী মচানি হায়হুনা হায়বিরবসু করিসু থোইনা হেননা হরাওরুগদবা মরম নৈতে। মহাক মহাকী হৌভমবু অহুমক নৈকরিবনি। হৌজিক অসিদদি হৈত্রবদি য়াম্না ভোলে, হৈরবদি অচৌবমকনি। তাইবংপানবা সিদা মীনা অমুক তৌবা ওমদবা নৈতে। নিংবগী মতুং ইম্না থৌরম তৌজরবদি নিংন উপানগী মহৈবু ফংভম থোকই। ফেংলপা লঙিবমকতনি; অহুতদা মীগী মমিং থললিবনি।

২৯। আর্য্য হায়রিবসিদি ফুরুপ অচৌবা অমনি। ওনথোক্না মথোয়গী ফুরুপকী ওয়রজনিঙি। অহুবনদি নিংলগা ওয়গে হায়দনসু য়াব নতে, ওয়রোই হায়দনসু য়াবা নতে। মীতৈএথোইনা আর্য্য ওয়রবরদহুনা আর্য্যদা তাংকরমলবদি ভুংদা 'তাংজবা' হায়বা ঙিংচৎ থীবা অমতং ওয়গনি হায়না থনজে। মীতৈবু আর্য্যনি হায়হুনা মরি মথোং পুথোকপা ওমলবদি ওনথোক্না চ.ওপ্রবা মপা নৈতবা থৌরম অমনি। মীতৈনা আর্য্যগী মচা মত অশোংবা ওইরবদি হৌভব সাংকম থিনরকপদা সোয়দনা ফংকম থোকপনি মনিংগীদমক থিনরকপা মতম কুইরে; হৌজিক ফাওবা ফংরবসিনদি পুক্নিংদা ওনথোক্না চিংনবা পোকলে। হোডসোন হায়রিবা সাহেব অহুনা ইমগ্না

'মীতৈ' হায়রিবা লাইরিক অমুদসু মীতৈবু আর্য্যনি হায়বসি হায়রমদে, নিংথিনা অক অহেন থংবা কুরুপ অমনি হায়বা মথৈ হায়রম্মী। চৌজিক মতমদা ময়াংগী লাইরিক লাইসু হৈবা ইবুংঙোসিংনা মীতৈগী ব'রিনি হায়দুনা লেঙিবা থিবিক অসিদা মীতৈবু খোইদোংপা অকমনি হায়বা উদে। মখোয়গী রাইহেদা, "মণিপুরীরা অর্জ্জুনের পুত্র বভ্রুবাহনের বংশধর বলিয়া পরিচয় দেয়।" হায়রিবসিদি, "মীতৈ হায়বসে অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুব'হনগী মচা মসুনি হায়দুনা হায়রি।" রাইহ অসিনা মীতৈ ঐখোয়বু থেমজিনদনা থমবি। অরেপ্পা রাগি মথে য়না কায়থিবা লৈতে। মিংথো পাজি কুরুপ অমবু অতোনবনি হায়দুনা হায়গদবসিদা মখোয়না ওনখোক্লি কি তুকচনা ঙৌরি। মখোয়না ঐখোয়বু হাওনি অতোনবনি হায়দনা হায়জনিংঙি। মখোয়না ফোংদে কত্রবসু মখোয়গী মবুকনিংদা লৈরিবদুদি ঐখোয়না উজরে। মীতৈ হায়বসিনা আর্য্য ওয়দবা মরম লৈবনা অথংবা অহৈবা ইবুংঙোসিংনা মীতৈগী অরেপ্পা অমতং ইথিরমত্রবনি। ঐখোয়নদি আর্যনি হায়দুনা হায়রি, মখোয়না মচেৎ অমতং থাজবিদে। মখোয়না ঐখোয়বু আর্য্যরা হায়দনা মরি মখোং থিরকদসু ফংবা লৈতে। ঐখোইনসু মখোয়দা আর্য্যবকনি হায়দনা থংনকম থুদম অমতং পুখোকদুনা উৎলুবা ওমজদে। পুম্নমকসি চিন কা ংজৈমকতা মওইরে। কনাগী রাসু কমানা থাজবিদে। হকচাং কয়াংকী থংনতম ওইরিবা Anthro pology (এনথ্রো পোলোজী) হায়রিবা 'বিজ্ঞান' লাইরিক অসিনা রায়েং কাত্তিনি। মী অমগী হকচাং কয়াংকা

অমসুংগা ম মরমদি ক্ষুদ্র অমতগী চৌরকপনি হায়বা। .ম.নৈ. বিজ্ঞান অসিগী মচুং ইনদন থেককপদা অ্যায়ুৎপা মাংবা থৌগাইরে হায়দুনা হাইরিয়ে। মরম থিবিক অসি লৈবনা, ওইগ হাইদনহু ওয়ুবা য়াদে, নত্তে হায়দনসু ওয়েবোইদবা নত্তে। ওয়দবহুবু ওয়বা য়াগদবা নৈথিরে। মীতৈ ঐংখোয়বু খার্যনি হায়বসি ওয়বোই-দমালে ইবুঙোসিং।

৩০। লাইরিক লাইসু য়ামনা হৈবা হায়বদি পুম্নমকপী হেনবা খোঁরম অমনি। হৌজিকসু নত্তে, থাইনদগী অসিংবা অহৈবত্তনা মথক কাহুনা লাকলবনি। হৌজিক অসিদা মীতৈ ঐংখোইগী মসুংদা নোংচুপকী 'জ্ঞান বিজ্ঞান' নাচিংবা নিংথিনা হৈবা ইবুঙো ইংবেমসিং য়ম্না য়াওরে। অদুমনদি ওইরগা লাইরিক লাইসু লেংবা কয়া য়াওনজি। লাইরিক থর লে বনি হায়দুনা ভৌমরিং-বসিসু ময়াংগী ফিদম লৌদুনা লেংবনা অনম্বা ওইরি ময়াংনা অমসুং অতৈ অতৈ ফুরুপনা লেংবা থিবিক অদুবু মীতৈরোননা হন্দো-কত্তুনা শেম্বনা অনম্বা ওইরি। মীতৈরোনগা অতৈ অতৈ ফুরুপকী মরেংনগদি মানদে। মীতৈগী রাহৈ ইনিনগা মখোগী রাহৈ ইনিনগা করি অমত্তা মানদে। মরম অদুনা মখোয়গী পয়ার শন্দগী কীদম লৌরবা য়াদে। হৌজিক মতমদদি লাইগী খোঙ্জানদগী মীতৈগী অমা ত্তোপনা চেংথোরবলে। মীতৈগী নি হায়দুনা ভৌরকলিবা ইথকসে খোরায় তৱানা করি নৈবগে হাইদুনা য়েংবিনি। ইসৈনচিংবা তৌ-রকলিবা পুম্নমকশিদা করি নৈবগে হায়দুনা মুননা য়েংবিগনি। অরাংপা নৈরে হাপচিনজগনি, শহেনবা য়াওরে ককথংচগনি।

মীতৈ ঐখোয়না লাইরিক লাইত্ত ইদবা ময়মা মীতৈরোন শিজিন্নদবা ময়মা মীতৈরোন চাওখৎলকপা লৈখিত্রে, অরু অরুবা ৱারী পুন্নমকপু মকম-মকান থংদনা মাংখ্রে। ঐখোয়গী লাইরিক লৈতকসিনা, মীরৈবাকী মীনা ঐখোয়বু হৈতে, থংদে হায়দুনা মখোই কানা হায়নরে। ঐখোয়বু হৈতে থদে হায়বা ৱারী অদুতনা লাইরিক ওইনা লেংখোকহুনা, লাইরিক অদু মীতৈ ঐখোয়দা য়েংলগা মমল অদুনা মখোয়গী পুবচাক শেন ওইখ্রে স্কুল কলেজ তম্বা ওস্তুরবসু ময়েক মসোনদবু থংজরবদি মীতৈরোন্না লাইরিক লেংবসিদি মীতৈ পুন্নমন্না ওমকম থোকই। ব্যাকরণ তম্নদনা মীতৈরোনগী করিস্ত চাওখৎপা লৈতে। ব্যাকরণনা মীতৈরোনগী মনাক চংবা য়াবা হৌনদে। মীনদি মহোই মহেইগী মরোর্ল শিজিন্নবা ওমলগ', মীতৈ ঐখোয়দি করিগীদমক ইরোনবু শিজিন্নবা ওম্মোইদগে হায়বসি কুপনা ৱাখন তৌবিগনি। ওত্রনা মরোম্না লেংবা লইরিক্তি মীতৈ ঐখোয়না লাইবক্তা কৎলগা মীতৈনা মরোম্না লেংজবা লাইরিকতি করি হান্না লাইবা ওয়যরোই? থবক হৌরংদদা থবক মশক থংবা ওমজৈ, অবাৎপ' লাইনা অশেম্বা লাই পোকই। কেংলগা লংঙি, য়ৈরগা খোঙি। থাংবা কনবা, তন্দবা, লেপতবা হায়রিবা থৌরম অহুমসিনা থবক পুন্নমক পাংলিবনি। কাঙ চিকই হায়দুনা লাইরিক য়েংহৌত্রবদি ঐগীদমক কনানা পাস ওইবিগনি। তিন চিকই হায়দুনা লৌ লিংহৌত্রবদি মকম অদুদা ফৌ ওইরগদবা লৈতে। তেংবানবসিদা কনাগীসু লাইরিক লৈরম্বা নত্তে, পুন্নমক ৱারী ওইনা লৈরম্মিবমকতনি। কায়নথংদা ময়েক

মসোন পুথোকখুনা লোইশিন্নপ্রবনি। অকোম অহান্নবশুনি। বেদ কাওবা ৱারী ওইনা লৈরমলিবনি। পিপ্পলাদ ঋষিগী হাঁকতকতা চাওর চাওরবা মুনি ভার্গব, কাত্যায়ন কবন্ধীনা চিংবা পুমনমক, মাইবদা চিনফানা লাইরোন তম্বগুমন পিপ্পলাদ ঋষিগী মফমদা চিনফানা বেদ তম্প্রবনি। হৌজিক মতমসিদা মীরৈবাক্তী অহৈবা ইবুঙোসিংনা ৱারী লাইরিক লেংখিবা অহুদা মীতৈবু অফবনি হায়-বদি থকলৈতনা, অতোনবনি হায়রিবদো করি অমতা লৌরবা য়াদে। রাজস্থান হায়রিবা বাগী লাইরিক অচৌবা অহুদা নিংথৌ ইবুঙো পামহৈববু (গরীব নোৱাজবু) হাওনি হায়দুনা ইলাই লাইনা হায়রি। লাইরিক অহুদ হায়রিবদি,—চৌংগী হাও অকনবা অমনা মীতৈ লৈবাকতা লান তাবদুনা মীতৈগী মথক্তা নিংথৌ ওয়খি হায়দুনা হায়রি। অসি পুম্নমক অসীবু মীতৈ ঐখোয়না ইশগী যিরুদবা মরম্নন, পামহৈবা ইবুঙোগী হৌভম থগদবা মরম্না, হৌজিক ফাওবা অসিদা, রাজস্থ ন লাইরিক্তা হায়রিবা পামহৈববু হাওনি হায়বসি ককথৎলুবা ওমনদরি। মতৌমরনি, থোইদোক্না চোনথরক্রাই মীতৈ ঐখোয়গীসু অথংবা অহৈবা য়াম্না চোংথোক-রকলে। মীতৈ ঐখোয়না তমশিল্লুদবা খিজিন্দুদবা মরম্না মীরৈবাক্তী মীনা মথোই কাপ্রিবনি।

৩১। হৌজিক্তী মতংদদি মীতৈ ঐখোয়গী হৌভম থিবসিতনা মীতৈ ঐখোয়গী থবক অরুবা অমনি। গোত্রগা, য়েক কা করি থোকনবা মসিগী মরী মথোং থিজিনবা থোক্লে। রামানন্দী, গৌর ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদদি মীতৈ লৈবাকতা 'গোত্র' লৈরমদে। 'গোত্র'

হায়রিবসিদি ব্রাহ্মণগীনি। য়েক হায়রিবসিদি মীতৈনা হৌরকপদগী সাগোল্লরর্কলবনি। মীতৈগী য়েক অসিনা মীতৈনা হৌরকপদগী হৌহুনা মহাক মহাকী কুরুপ অমমম থারখিবগনা; ব্রাহ্মণগী গোত্র হায়রিবসিনু ব্রাহ্মণ হায়রিবসিনা হৌরকপদগী হৌরহুনা বাহ্মণ অহুগী কুরুপ অমমম থায়রবনি। অনিমকসি মরোংদি অমত্তদি ওয়রগা তিনসিনবা মতাং অমতং থোকই। মীতৈগী য়েক হায়রিবসিদি স্নামহী, পাথংবদগী হৌরকলবনি, 'গোত্র' হায়রিবসিনা শাণ্ডিল্য, ভরদ্বাজ, কাশ্যপ, গৌতম, মধুকল্য কৌশিক অনিনচিংবা ব্রাহ্মণশিংসিদা ওয়রকপদগী হৌরক্রবনি। ব্রাহ্মণশিং অসিগী মচা মশু তারকপা পুন্নমকপু ব্রাহ্মণ অহুগী গোত্রনি হায়হুনা হৌজিকী মতমদা হায়নরিবসিনি। ব্রাহ্মণগীদি গোত্র হায়বসিনা হৌজম পোকফম অংগ্রনি। ব্রাহ্মণ মংতবা অতৈ অতৈ অসিনা গোত্রগী মথা পোলিবসিবু ব্রাহ্মণশিং অহুনা মহোইবু পোকপ্রা, অহু নত্তনা ব্রাহ্মণশিং অহুগা পকচা তাংজখিবা, অমতংদি ওয়রে। ব্রাহ্মণশিং অহুগী মচা ওইরবদি, করি মরমদগী ব্রাহ্মণ ওয়বা ঙমখিদবা, মসিগী মরমসু শোয়দন। লৈরমগনি চারো মৌরৌনবদগীনি হায় থৌরম কংলুদবগীনি হায়, অমদি ওয়বা তারে। পুন্নমকসি খিরগা সোয়দম। ফংতম থোকই। মীতৈ হায়বসিবু গোত্রগী মথা পোক্সবদি, গোত্রগী ব্রাহ্মণশিং অহুদি মীতৈগী মপা মপু পোকপা ওয়ব। তারি। অসোমদসু লাইনিংথৌ সোরারেনদগী হৌহুনা স্নামহী, পাথংব। অসিবু মীতৈগী অপোকপনি হায়রি। মসিসু থেংপা য়াবা রা মত্তে। অমসুং লাইনিংথৌ স্নামহীনা তাইবং মী

শেমখি হায়রবসিস্থু শাণ্ডিল্যবা বা নত্তে: মীতৈগী লাইরা ওইহুনা লৈরিবনি। শাণ্ডিল্যনচি.বা গোত্রগী ব্রাহ্মণ পুম্নমকস্থু তাইবং মীনি। লাইনিংথৌ স্নামহীনা তাইবং মী শেমলবদি ব্রাহ্মণশিং অসিস্থু স্নামহীনা শেমখিবা তাইবং মীশিং অহুগী মচা মশু ওইবা তায়ে। অসিনদি মীতৈ ঐখোয়গী বাখনদদি 'গোত্র' বুদি য়েক্না হানবা তারিয়ে। মরম অসিনা 'গোত্র' দা তিনবনা ফবরা, য়েক্না তিনবনা ফবরা মুম্না বাখন তৌগদবা অরুবা মতাং অমনি। য়েক অসিবু মুংথৎতুনা 'গোত্র' দা তিন্নবদি পাখংবা, সনামহীগী মফমদা লংজবা তারি। পাখংবা সনামহীগী মফমদা লংজরবদি মীতৈ ঐখোয়গীদি য়াইফবা থোকতে। মীতৈনা হুমিৎ খুদিংগী হায়থংরকলিবসিবু অসিনবু ওইরব্রা, থম্নফমনি। পাখংবা সনামহীসিবু 'গোত্র' না হান্নবদি—পাখংবা, সনামহীগী ৱারী, লাইরোনসিদি অরেম্বা ওইবা তারিয়ে। মসিনা অরেম্বা ওইরবদি মীতৈ হৌভমস্থু খংবা ঙম্বগী মথৌ লৈতে। 'গোত্র' গা য়েক্না মরী মতাং থোক্নবগী ৱারীদি লৈখিদ্রে। অনিসিমক্কবু মীতৈগা ময়াংগা মরূপ শান্নবগুম থোকই। রামানন্দী, গৌরধর্ম চত্রিউৈ মনাংদা মীতৈনা গোত্র থংলনদে গোত্র থংলমত্রবদি মতম অহুগী মীতৈ ইপা ইপুবু মপা মপু থংলমদবা তারিব্রা? মহুদি পুসিনবা য়াদবা ৱানি। অঙম্বা নিংথৌ ইবুংঙোসিংগী হাকতক্তা গোত্র শেমগ্রবস্থু হৌজিক অসিদদি উৎনা ৱায়না কূম্না য়'রোইদবা ঈথক অমতং লাকলে। ঐগী ইপা:বু কাওরুদনা মীগী মপাবু ইপানি হায়রুংবসি থঙ্দবা মরমদগীনি। মীগী মমা মপাবু পীজরুরগা। ঐগী ইমা ইপানা মবুক থনগদং নত্তে।

ইমানা কি অমতং সেংচগে হায়বদি সেংহন্নবা অথিদ্রে অনুম্ব্রী লাকপদদি লুপা অনি কংপা ওমথি। ইপা ইপু পোকপা ইবুংগো থল্লবদা ওনথোকনা থৌরাই সোকই।

৩২। সিরগা হৌনবীনি হায়দুনা তৌনরি। শ্রাদ্ধ দুম্লিং অদুবা পুরোহিত ঠাকুর অদুসু, মুসুদুগা গোত্র তিনরন্ত্রবদ্র থুবু অদুগী গোত্র ওইরদুনা, চাকহেন ওাহেনদুনা শ্রাদ্ধ দু সোনরিরি। হৈরুবদা ঐ.খায়না, ওকলতনামা পিদুনা উকিল অমা কাদুবা মোকদ্দমা সে রাল তৌহন্নি। মোকদ্দমদু ঐথোয়না ওমহরবদা, উকিল অদুনা মোকদ্দমা কংগ্র হায়বদি কনা-সু হায়নদে। অদু-গুমদনা পুরোহিত ঠাকুর অদুবু পান মতপ অমনা 'বোরি' দুনা শ্রাদ্ধ সোলহল্লি। শ্রাদ্ধ সোনবা লোইরগা ঠাকুর অদুদা অরাহন খর তৌরে। শিরিবদুগী শ্রাদ্ধ থৌরম লোইরে হায়দুনা হায়নৈ ঠাকুর অদুগী শ্রদ্ধ লোয়.গ্র হায়বদি হায়নদে, ঠাকুরনা সোরাং সোনবা লোয়গ্রে হায়দনদি হায়নৈ। কুশনা শারিবা ব্রাহ্মণ অদুদি গোত্র অদুগী অপেকপনি। পুরোহিত অদুনা অপোকপা অদুদা কম-কান, কোল-লিকনচিংবা মগন তরা তরুক (ষোড়ষ দান) পিনবিগ্রবনি। মুমু অদুগ ঠাকুর অদুগা অনিমকনা তান্নদুনা পী-থোকগ্রবা পোংলম তরা তরুকনি। অপেকপনা পেল্লে হায়রগা শিগ্রিবা মী অদুগী থুভম অচৌবা ওইবা ওমজৈ হায়দুনা পিথোকগ্রবা পোংলম তরা তরুকনৈ। পীথে.কগ্রবা পোং অসিবু কনানা কংকম থোকপা লৌশিং চাওবা ইবুংও সিংনা রায়েন তৌথবিগনি। অচৌবা অরনা চানবীনবা হায়দুনা অওস্বা অমগা লোইনদুনা অথেদপোং

কংজুবদুবু অদুগা অদুনা কংখি.দ। কংচরিবঃ মী অদুনদু কংখিদে, অতৌবা ইথুংতো অদুতনা কংখি। দান হায়বসিদি হনজিনবা য়া.দ হায়না হায়রৈ। হন্দকী ব্রাহ্মণী যোড়শদান অসিদু পুরোহিতকা যুমুগা অনিদা হনজিনবা য়ারোইদমালে থনরে। গোত্রগী ব্রাহ্মণ অসিবু মীতৈ ঐখোয়গী অপোকপবা, অদু মৎতবা ব্রাহ্মণগীবা মীতৈ ঐখোয়না থনরে। ওনখোকপনিদ; হে মীতৈ লোইনদনা চংলবলবদি থরক্ষু মুঙাইরমগদবনি. মীনা হোইহুনা পুখিবসিমক্তদি থাজবদা ওনখোকনা খঙ্গোয় কায়খিয়ে! নোংদম্বা মাপী করম্বা য়াইক খো.লৈ লংকচুন বাথন মরম তারগবা।

৩৩। অকববু লৌখৎলৈ, কানদবদুবু লংখোকলে। ইপা ইপুনা তৌরম্বা অদুগু থাবা য়াদে, থাবদি লৈখা তাই হায়রবদি, নিমাই পণ্ডিতম্ লৈখা তাব তারি,. ভৈগ্যচন্দ্র নিংথৌম্ লৈখা তাবা তারে। করিনা, মহায় পুন্নমকসি মপা মপুনা তৌরমদবা থবক তৌত্রবমক্তনি। পুন্নমকম্ মতম মতম অদুগী ঈথক মচুং ইন্দুনা মপা মপুনা শিজিন্নরম্বা খুংলাই পুন্নমকপু শেংদোক খোৎতোক্তুনা মতিককা চাবা লৈতে; তৌহুনা মীগী মমিং পেলহললিবা মক্তনি ঐগীসিনা কৈ হায়সম্ হায়হুনা তৌনরিবমকতনি। মীতৈ ঐখোয়-গীদি মতুগী পরেংতু লৈত্রমাদে হায়না থনরে। ইপা ইপুনা তৌ-রমদে' ইপানা য়র দে, ইমানা য়ারমদে হায়বা ব হৈসি ওনখোক্না অঙাং ওইবগী বাহৈনি। মপানা য়ারংদবা খুম অদুদা মচানা লৈরুব তৌদে হায়বা করিম্ লৈতে। মমানা মপানা য়ারমদে হায়বা য়াসে অঙাং লৌশিং তাত্রিবুগী বানি। করম্বু থমগনি;

কময়বু থাদোককনি; কময়বু লৌশিনগনি অমসুং কময়বু য়াগনি, কময়বু য়াম্মোই, মাথন পুম্নমকসি কুপনা তৌবিগনি। মসিগী মাথক মম। হেক তাবদা পুম্নমক উনরাইমুক চিককনি।

[ক] লম্বী অকোইববু থাদোককনি, [খ] লম্বী অপম্ববু লৌশিনগনি, [গ] ইশাদি থাদোক কম্মোই। ঐগীনা ঐগীনি, ঐনা য়াটৈ। মীগীনা মীগীনি মীনা য়াটে। থংবনা অকোইবনি; অথ বম অপম্বনি। ঐগী ইরোনদি ঐনা থংলে, মীগী মরোলমু মীনা থংলে। ইপা ইপুনা ময়াং মরোন্দা তাংজহুনা লাইনিং থৌরম তৌরমলে, ঐদি ময়াং মরোনদি থংবা ঙমজরে। ময়াং মরোল তমমুবসু ঙমজরে। অহুনদি লাইনি বশিবু ওইবা য়াগদৌ-রিম্র; ইপা ইপুনা মতম অমদা চংনরমলবসু কম্নি অমতা ইথং হেক থংদনা মপানথোংদা তৈদনা কয়ানি চংপা য়াগদৌরিবগে? মীরৈবাক্তী মীনা হংলগা কম্নি খুম্বিগদৌরিবগে? মথৌ কম্নি লৈবগে হায়রহুনা লৈরগা য়াগদৌরিবা? ঐনা পোথাং পুম্নোই হায়রুনা য়াগদৌরিম্রা? ঐনা মহাক লান সোকনরুবা ঙমুগদৌ-রিম্রা কম্নি লৈবগে হায়বহুবু ইরোননা থংজরবদি মীগী মরোন্দা সেংকায়না হায়বিরগা মরাইনা মরাই চাইজগদবনি। "আপন ভজন কথানা কহিও যথা তথা।" হায়রিবা ময়াংগী বাহৈসে ওন-থোকনা মমপ্রবা বানি। মীগা ঙাংনবা ঙমলকত্রবা মতমদা লৈথোক-ননবা বাহৈনি। অমদি—"বিশ্বাসে মিলয়ে কৃষ্ণ তর্কে বহুদূর" মীতৈরোন্দা "থাজবনা লালি" হায়রিবা বাহৈ অমিসে পোথঃনবা বাহৈনি। মীনা য়েংকে হায়না য়েংক্রলবদি সেম্নেপ মাংবা বাহৈনি।

অহুমা মরিগুম্বা থিংঙ্গংসিদা হুমহৎহুমা লৈবা চুমজে। মীতৈশ্রোম মংতলা মীতৈগী অকায়া ওইরোইদোরে। চংনশ্রে হায়হ্না নিংলিংদনা লৈবিগনু। লম্বী থাগি হায়বা বানতে; লোন ওনখোকসি হায়বা বানি।

৩৪। মীতৈ হায়বসি গৌরীয়া চংলকপদা লুখিবা নত্তে, য়েলহৌঙৈদগীনু অরু-অহেন, অশেং অমাং থংনা পালকলবা কুরুপনি। চহি লিশিং মুক মমাদা অকনবা থম্বনা থোক্লম্বা কুম্মিংপু হৌজিক্তী বিলাতীনা থোইদোক্না হেনবা মখৌ লৈতে। কীপে কনেক হায়বসি থায়নদগী চংনরক্লবা ফিজোননি। অসিনচিংবা অরুবগীদা মীতৈগী মখন-মখা য়াম্না লৈরনমিবনি। হৌজিক ফাওবসু অহুগী কীদম লৌনম্নিবনি। কনেক হায়বসিবু অতৈ অতৈ লৈবাককি মীনা মেথেলা অমুমনা হায়নৈ। তেংবানবদা লৈরিবা মুপীমচা পুম্নমকনা থোঙ্কমজিবনি হায়না খংনৈ। দক্ষ প্রজাপতি'গী মচা মুপী 'সতী' হায়বীহুগী য়ারীদা মেখেলা হায়বা য়াহৈসি ফংই। মতমগী ইরাংনা মওন মওন ওইরকপগী কনেক হায়রিবসিসু হাওগী ফিজেৎতা তাহনবিরে। হৌজিক ফাওবসু মীতৈ মুপীগীদি ওন.থাকনা কঞবা ফিজোন ওইগনি হায়না খনজে। মীতৈ হায়বসি থাইনা সানৈ, মুনৈরমই, কঞবা ফিজোন য়াংলমই হায়বসিদা তুচুংঙ্বা য়াদে। তেংবানবসিদা অচৌবনি, অহৈবনি হায়হ্না লৈরিবা পুম্নমক সানৈ মুনৈরমলিবনি। মতমগী ঔথকনা কঞ হৌথি পুম্নক হুমথিহ্না হৌজিকতি ইক্লা অসুম থোয়কইবনি। হৌজিকতি কঞবগী মহৈ য়াললে, অরুবগী য়ুচুম তারে। তেংবানবসি মুক্মিং থুদিংগী মসুম মথক কাঙ্ক্রিবনি।

হৌজিকপু ঐখোয়না সানৈ মুনৈগে হায়রুনা হেক য়াবা থকক মত্রে। ইংরেজশী গ্রীককি খারি লাইরিক য়েংলগা, মখোয়সি ভনখোক্লা মঙং করময়দবদগী ভেংবানবনা ফীদম লৌনভম মকম ওইখি। অচৌবা ইবুংঙোশিংনা মখোয়না ওইরকপা মঙং অচুবু মখোয়গী খারি লাইরিক্লা ফোংদোকপসিদা মখোয়না করি অমত ইকায়দে, করি অমত ভুচুংদে। ভেংবানবসিদা ভাইবং মী হায়বসিনা মতৌ অসুম তৌদনা চাওথংলকপনি হায়বসিবু থংহনগে হায়রুনা সন্দোকখি। মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপুদি আর্য্য নত্রবসু পাথংবা, সনামহীদগী, হৌরকপনি হায়রগা মীতৈ ঐখোয়গী করিসু চোপকয় লৈতে। লাইরিক লাইসু হৈভবসিনা মীতৈ ঐখোয়গী তোনথবা হায়বছু ওয়রবনি।

৩৫। লাইরিক লাইসুদদি মীতৈ ঐখোয় অসি হৌজিক মতমদদি থংলবমকনি। হকচাং কনবদদি থাইন ইপা ইপুগীছু কংত্রবসু, চাং অমা কনলিবা হায়বছুনি। ফীজেৎ চাকচানা লমচং-সাজেংনা থংনভমনি। কুপ্পা থাদবী হায়বা ফীজেৎসি ব্রজগোপীগী ফীজেৎনি। অকনবগী ফীজেৎ থোকতে। কুপ্পা থাদছুন লাকনবা য়াবা হৌনদে। অকনবা ইবুংঙোশিংগী খারিদি য়াম্না ভাক্লে হৌজিক মতমদদি অকনবা ইবুংঙোশিং থোইদোক্লা য়াওত্রে। চাবা থকপা মনিং থুংদবনরা? তিনরুবা মরুপকী ইচু লৌরুবনরা অমভংদি ওইরে। থাইনগী ইপা ইপুদি থুংলাই য়াওদনা কৈ কারমমি হায়নৈ। ইপা ইপুশিংছুনা কলম্মী কলমদে হায়বসি মখোয়না সানরম্বা কুমৈগী ফীদম লৌছুনা হৌজিকী মতমদা ঐখোয়না

সানরিবসিংবা থংনভম অমনি। লাকনবা কানবা চেন-চোংবা হায়বসি হৌজিক কাওবস্তু কুমৈ পুন্নমক্তা য়াওরি। অসি পুন্নমকসিবু ইপা ইপু হাক্তগী তৌনরকলবনি। থাইনঙৈদা সানরম্বা জগোইগী খুৎহৎতা ইমা ইবেনথৌসিংনা, খুবাক্কা খুনমগা ওনথোক ওনসিন তৌহনা সানরম্মী। অহুম্মা সানরমমিবা জগোই খুৎহৎকি ইরাংহুদি মঙ্গুংগী বাহৈ ইচেন অমা লৈরমগনি। জগোই খুৎহৎ অসিনা হায়রিবদি 'হে নিপা ওইবা অকনবসা' নহোইসে, মুপী ওইরিবা ঐখোয়গী মফমদা, খুবাক্কা খুৎনমগা থোক ওনবগুম্বনি। হায়বদি —নিপা লায়রিবসিদি মুপী ওইবগী মফমদা ওনথোকনা ওনথবা থ্বই হায়বা বানি। ইবেনথৌশিংগী জগোই খুৎহৎ উবহুদা, লাকচৈ হায়হুনা; ইবেনথৌশিংগী মরক্তা চোংসিনখিদনা ইপুথৌশিংনা সাখিবা ক্বৈমৈ মওং অহুদি থা চিকহুনা, খুহুম কননা পাইসিনদনা চোংফন সাথি। ইপুথৌশিংগী জগোই মওং অহুগী ইরাংদি—ইবেন-থৌশিংগী জগোয় খুৎহৎনা নোকনখিবা ইরাংহু উবহুদা লাকচৈ হায়হুনা মুপী ওইবগী ঈচেন্দা তাওথজক্রবা হেৈনদে হায়হুনা ইরাং উৎখিবনি। মতৌ অস্তুমনা ইরাং থংনরিঙৈ মতম অহুগী ইপা ইপুশিং অহুদি নোংশাগী পাঙ্গল কলমমি। ইমা ইবেন-থৌশিংগী জগোয় খুৎহৎকি ইরাং অসিদি জয়দেব গোস্বামীনস্থ গতি গোবিন্দদস্থু হায়রি,—মেঘৈঃ মেছুর মম্বর বন ভুবঃ শ্যাম তমাল দ্রুমৈ নক্তং ভীরু রোয়ং ত্তেমের তদিমং রাধে গৃহং প্রাপয়" মীতৈ-রোনদা হায়রগা নোংন অতিঙা মাইকোই থ্বমৎৎ'থ্র, থামম থাগা ওয়রে অহুগী মথকতা লম্বিগী য়েৎ-ওয় অনিমকতা কুংনা হৌগ্রবা

ভমাল পাম্বি পরেংগী মসা হায়থরকতুনা অমম্রবগী মথকতা থোইনা হেন্না মমথ্রে। *কৃষ্ণ হায়বসে ওনথোক্না কিগন চাওগললি, ইবেমা রাধে, নংনা থর খিনদোকপিরু। মহুংগী ইচেন অসি থংনম্বিদৈ মতম অহুদি ইমা ইবেন্না মচা মস্থশিংবু রারকখিবা বাহৈদি' —"নপা নচা, নচিন ননাওসিংনা সিখিবা লানবুংদা সিরুবা ওমথ্রবদি ইচা নতে চঙকননু" অস্মা বারবলম্মী। হৌজিক্কী মতমদা তৌমরিবসিগদি ওমথোকনা লাপথ্রে। হৌজিক অসিদা ইম ইবেনসি না মচা রারকচরিবা বাহৈদি—'মপান থোকমু, থংদে হায়য়ু।' অসিতনি। ইমা ইবেনসিংগী মরি মতাং সোনথখিহুনা ইপাইনা লুতোন সাংখিবা ওয়পন্মালে। ইসিংনা কংলগা উচুং ফাওগংলি, ইশিংনা চাওরগা উচুং মথকতমু হী চৎপা য়াই। অহুগুমদনা লৈত লাইরবনা চানিংবা কোংগায় চাবা কংদবনা মরি মতাং সোনখিদনা ইমা ইবেনসিংগী সকচু মাংথ্রবনি। লৌসিং ময়েং তংথ্রবনি।

৩৬। থাইনদগী হৌহুনা মীতৈ ঐখোয়গী লাই হরাওবা হায়হুনা তৌনরুকপসি হৌজিকসু তৌনরি। হৌজিক্কী মতমদদি মীগী মীনোক থর চংলে মীতৈ ইবুঙো ইবেমসিংনসু থর ফজননবা মরেং অমসুং সেমদোক্কপিত্রে। মসিবু করম্বা রাগৌদগিনে' হায়দনসু থোইদোক্না থিনবিত্রে। মীতৈগী লাই হারাওবা হায়রিবসিদি ওন-থোক্না লুথ্রবা কুমৈনি হায়না হাংনরিবনি। লাই খয়োবা, মী খয়োবা হাযরিবা অনিসিগী হাকতকতা, লাইগা মীগা

---

*অপাম মুংাস ইচেনবু কৃষ্ণ কৌরি। হায়রিবাসি মায়া হায়রিবহুনি।

য়া ঙাংনবমুসি হায়রুনা হায়নখিবা মতম অহুদগী চৌরকলবা কুইম্মনি। লম লানবা য়াদবা, বাখল নত্তবা থনবা য়াদবা অরুবা কুমৈনি। লাইসিংনা ভৌমরম্বা কুমৈ অহুগী কীদম লৌহুনা সানরিবা কুমৈনি। ঃতে বানবগী মপু ইবুঙোনা থুপলবা মকমদা লৈহুনা সামরিবা কুমৈ অহুগী কীদমতবু লৌহুনা ভাইবং মী ঐখোয়না সানজবা কুম্মৈ অহুবু লাই হয়াওবা হায়রিবসিনি। মীতৈ ঐখোয়না লাই হায়রিবসিদি বেদনা ব্রহ্মা হায়রিবসিগা অমতনি। হয়াওবা হায়-রিবসিদি লাই ইবুংঙো অহুনা মুঙাইবগী ইপাক থকতা তাওহুনা সানরিবা কুমৈ অহুবু হয়াওবা কৌরি। ইবুংঙো মহাকনা মুঙাইবগী ঈপাক থকতা তাওহুনা সানরিবা কুম্মৈ অহুগী মওংবু লৌহুনা সানজগা ভাইর মী ঐখোয়গী অক-মুঙাই য়াইকবা হায়বহু ওইগনি হায়বা বাখল অসিদা, মীতৈ ঐখোয়না সানজরিবা কুমৈবু লাই হয়াওবা হায়রিবসিনি। অসিবু থোইন হয়াওবা লৈত্রা হায়না হঙকপদ, লৈবনে হ য়হুন খুম্মি। অমসু লৈবনে হায়বদি হৌনবুং লাইরৈবাক্কী মুঙাইবা কুমৈ অহুবু হায়বা বানি। মসিবু অহন-সিংমা থোংলোন তরুক হাংবগী রা কৌরি। হৌজিক্কী মতমদদি 'ষট চক্র' হায়রগা থংনরে। লাই হয় ওবা হায়রিবসিবু অরুবনি হায়হুনা হায়ববু মরম অসিননি। মীতৈ ঐখোয়মা লাই হয়াওবা হায়রিবসিবুময়াং লৈবাকতা য়াস হায়না থ নৈ। ওমখোয়া লুপ্রবা লম লালুবা য়ংদবা কুমৈনি। হৌজিক অসিংদি ওনথোক্লা লাইনা ভৌনরে। চিনবাল থোংদি লুই হায়না হায়নৈ, মঙ্গংগী ঈচেনদি কনানসু খঙবা লৈখিদ্রে। মসি পুম্নমকসিবু পুম্নমক্কী লাইনিং অহুদি মীতৈ ঐখোয়দা অমতা ওইনা পুন্নবে। হিন্দুনা

তৌনৈ হায়দুনা ঐখোয়না অয়ুক মাখোকচবা লৈতে। হিন্দু মসেনদি দারুব্রহ্মগীতমক মৈচ্রাং পায়না থংনরি। অসোমদা মীতৈ ঐখোয়না পুকফবা ওইদুনা লৈজরি। অসি পুমমবসিবু উরুবদা বাথন মওন মওন থম্লদুনা ইকায় খু শি য়াবদুনা হায়রৈ, মীতৈ ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা নিংনরিব, থুরুমনরিবা লাইশিংগী মওং য়ামলে, মহা বাথন থেনবা ঐখোয়দদি পোলেপফম থংদদুনা করম্বা লাইবু থুরুমলগা নিংবা থুংগবা হায়দুনা বাথন তৌদুনা লৈরিবৈদা নিংভম থদদনা অহুমক তোকচরে, নিংকম থংহিদবনা থৌরমস্থু পাংথিত্রে। মসিবু লেপকম অমতং নায়রবদি, মওং অমতদা লেপলবদি পুক্লিং অমতা ওইবা হায়বদুবু ওইগত্রা হুয়দুনা হায়জরকপতদা লাই য়াথিত্রে হায়বা পাওজেল অমা থোকপিত্রে। পুকনিং অমতা ওইদনদি থবক য়াদে হায়দুনা লাইনিং অহনসিংনা হায়নরি :—

‘প্রণবো ধনুঃ শরো হ্যাত্মা ব্রহ্ম তল্লক্ষ্য মুচ্যতে,
অপ্রমত্তেন বেদ্ধব্যং শরবৎ তন্ময়ো ভবেৎ॥”

( অর্জ্জুননা লক্ষ্য কাপ্পগী বারী হায়গনি )।

(খ) অমতগা ঐখোয়না মহা পুকনিং ওইনা থংলৈ :— ঐদি মুপীনি, ইবুংঙা মহাক্না ইপুরোইবনি হায়বা বাথন অসিদা নিপা ওইরিবা ঐনা লাইনিংজবসে য়াম্না অরাবা থৌরম ওইগত্রা, ভমংদনা লংজবা হায়বদু ওইগত্রা হায়দুনা বাথন তৌজে। মরম অদুনা মনাইনি হায়না নিংবসিনা ফগত্রা হায়দুনা থনজে। মনাই ওইনা নিংবসিনা অকায়বা ওইগদ্রা হায়দুনা য়েংংদস্থু লাইনিংগী অংথাইবা স্বরূপ দামোদরনা হায়খি :— ‘দাস্যঞ্চ

সর্ব্বমূলংহি হিত জ্ঞ নাতাং মত্ত।" (স্বরূপ দামোদর করচা য়েংবিউ) অসিতনি নহারূপ ঐ:খোয়ন রা:য়ক চংজরিবা। লাই-নি লম্বীগী পন ৱাংমদা লৈজবদি নত্তে। পুম্নমকসিবু মীতৈ:রোম্না ভৌবা স্নাগদরা হায়দুনা নহ'ৱ্নপনা হংজরি:নি।

১৯। 'অপে'কপা' হায়রিবা ৱাহৈ-স ঙসি ঙরাংতগী নত্তে মীতৈনা হৌরকপদগীনি। ঐবু পোকপা, ইপাবু পোকপা, ইপুবু পোকপা, পুম্নমকপুসু পোনপনি। ইপা ইপু পুম্নমকসু তেংবানবগী মপুত্থদগী মথং মনাও নায়না সন্দোরকলবনি। ইবু'ঙা মহাক নৎতনদি কনাবুসু কনানা পোকপা ঙমদে। মরম অদুনা তেং-বানবগী মপুবু 'অ:পোকপা' অসুমনা হায়জরিবনি। য়েক সলাই পুম্নমকনা মহ ক মহ'ক্কী মপা মপু পোকপবু খুকমলে অসুমনা হায়রগা তে বানবগী মপু অ:পে'কপমা পেনি রিবনি।

"পিতা স্বর্গঃ পিতা ধর্ম্ম পিতাহি পরমংতপঃ,
পিতরি প্রীতিমাপন্নে প্রিয়ন্তে সর্ব্ব দেবতাং।"

(তপে দেব ঠাকুরগী ৱারী থেংকনি)।

লৈসেম্বগী মমাংদা সার'রেন সিদবনা তেংবানবগী মপুগী সা'যে'ন ওইন' :চোংথোক খি। তাইবং পানবা শন্দোক্লবা হাযদুনা লৈমরেনসু সা য়ান ওইনা থোকখি। অনিগী তুংদা পাথংবা, স্নাংহী অনিমকনা তে'বানবা মপুগী য়েংওয় সকতুনা সায়োন ওইখি। প.খংবনা লৈপাক ঙাকখি, সনামহীনা মুমবুম থুঙ্গিগী নিংথৌ ওইখি। লৈমরেন সিদবীনা তাইবং সননবগী উকম মওং ওইদনা তে.বানবা সিননা থুংনা লৈদুনা, মুমবুম থুঙ্গিংদা

থৌজানগী মসক ওইনা লৈগ্রবনি। লাইশি.সিবু ইরাংচরগা ইপা মরিগী, ইমা মরিগী পুন্নমকনা পেনবিরিরনি। তাইবংপানবদা মী:থাই মীহেন ওইনা পোকইবা ইবুঙো ইবেমশিং পুন্নমকপু লাই-নিংথৌ লাই:রন্থীগী স'য়োনবনি হায়নরিবনি। সনামহী, পাখংবা লৈমরেন হায়রিবসিদি সিদবা (অমর) হায়বচু ওইগ্রবনি। ওইনিংবতা ওইদনা, ওননিংবতা ওনদনা লৈগ্রবা লাইমকতনি। হৌজিক ফাওবসু উ:চেক ওননিংলে উচেক ওল্লি, লীন ওননিংলে লীন ওললি, মী ওননিংলে মী ওললি। করিগুম্বা কাদোকতা তাইবং মী ওইনা কনাগুম্বগী মঙ্গমদা বাই থুংউহ্নুনা থৌজান মনা পিনবিরিবনি। মতৌ অম্নুনা খুদিন ফংনরিবা লাই পুন্ন-মকসিবু মীতৈ ঐখোয়না ঈবাংচরিবনি। থৌ তৌখোকলগা লাইথুং লায়না কোক্নৈ; উসিন বাসিন তৌখোকলগা সিগদবা নাগদবা য়েথোকই; অপোকপা, সনানহী, পাখংবা, লৈমরেন খুরুমজনা থৌনিজরগা নিংবা থুংকে, সেন ফংনিংবনা সেন ফংজখি মচা মসু ফংনিংবনা মচা মসু ফংজখি। মতৌ অম্নমনা তৌহুনা নিংবা পুমনমকপু খুদক খুদকতা ফংনৈ। চুমনা বারিদা তৌহুনা মাংপোনদা মু ভায়বা বা নৎতে। ইপা ইপুনা তৎতনা, সোম্ন-রম্মিবা খুরুমনরম্মিবা লাইনি। কনাগুম্বনা লাইনিং চেৎনুদনা লাইফংনখি। পুমনমকী মথকতা অহন ওয়খি। কনাগুম্বনা মীচিক:থান তাদবা মফমদা লাইনিংদনা লাই ফংনখি কনাগুম্বনা লাইবানা লাইরোননা পুক্লিং অমতং ওয়না নিংদনা লাইফংমননা তাইবং মী মরুপনা লাইনি হায়না হায়নখি লাইনিংথৌ লাইরেম্বী হায়রিবসিদি অথুপপা মফমদা লৈগ্রে হায়দনা ইপা

ইপুনা হায়নরমমিবনি। অরা-না কৌকহললিবা, পুনসি তৌমৌই য়ামকবা পিনরিবা ল ইসিং অহুবু বেদগী ব্রহ্মগী সায়োন নৎতনা কনা ওয়গ:দৌরি, য়েংবিয়ু। মীতৈ ঐখোয়না হৌজিকী মতমদা 'অপোকপা' হায়তুনা হায়জরিবসিসু বেদনা ব্রহ্ম হায়রিবহুনি। অপোকপগী সাস্নানবি হায়না থংনরিবহুবুসু-ঐখোয়না 'অপোকপা' হায়তুনা হায়জরিবনি। ময়াংনা খোনবা লম্বীদা মীতৈনা চৎপা য়াদে হায়বা লৈতে; মীতৈনা খোনবা লম্বীদসু ময়াংনা চৎপা য়াদ হায়বা লৈতে। ময়াংনা ময়াং মরোন অহুমক লোনজৈ। মীতৈনা মীতৈরোন লোনজৈ। ময়া গীদা সায়োন ওয়রুদবা ইবুঙোদো ময়াংনা লাইনি হায়না খঙি। মীতৈদা সয়োন ওয়না পোক লরিবা ইবুঙোদো মীতৈনা লাইনি হায়না খংজে। তেংবানবগী মপু ইবুংঙো অপোকপা (ব্রহ্ম) না মতৌ অহুমনা তৌহুনা মকম মকন খুদিংদা সায়োন (অবতার) ওয়না পোকপাসিদা ইবুঙো মহাকতি মকম অহুমগী করি অমতা লেৎদে, ময়েং তাদে। বৈদগী মৈ চমলগা ময়ে তাহৌদবগুম্বনি। রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম অনিসিনা মীতৈ লৈবাকতা চত্রিদা তেংবানবগী মপুনা ময়াং লৈপাকতসু সায়োন ওয়না পোকখি হায়রিবসিদি মীতৈ ইপা ইপুদি তাবু তারমত্রিবনি। মীতৈগী ল ইদগী হেন্না অতৈ খুরুম-নত্রিবনি। অসি পুম্নমকসি লৈ সিনা ইপা ইপুদি করি অমতা খঙদে হ য়হুনা হায়বসিবু মীতৈ ঐখে য়না য়াগদবা পরেং খোংক্তে।

২০। মীতৈ ঐখোয়না তেংবানবগী মপু অপোকপা, পোকলেন পোকপা, সাৎলেন সাৎপা অসিনচিংবা মীংখৈবু,

থেংবানববু সেমমিবা থেংবানববু পোকইবা ইবুঙো অমুগী মিংথৈনি হায়দুনা সোম্মি। মীতৈবাকতা লৈবা ততৈ অতৈ ফুরুপকী মীনা, মহাক, মহাকী মরোন্দা মমিং অমমম খোনথি। থেংবানবগী মপু ইবুংঙোবু, ব্রহ্ম লৈবাকী (অয়াংলৈবাকী) মীনা মখোয়গী মরোন মচুং ইনদুনা 'ফুমা ভারা' অসুমনা হায়। তখেনগী মীনা 'মভাই, হায় লুসাইনা 'পাথিয়া' বিষ্ণুপুরিয়ানা 'দো' মুসলমাননা 'খোদা', খৃষ্টানা 'গোড', হিন্দুনা ভগবান, ঈশ্বর অসুমনা হায়। হিন্দু হায়রিবসিসু মীতৈ ঐখোয়না থোনা সায়োন হায়বসি য়াই। মরম অসিনা 'রাম' কৃষ্ণ 'গৌরাঙ্গ' অসিনচিংবসিবু ভগবানগি সায়োননি হায়, মহোই অসিমক ভগবান মকনি হায়দুনা হায়নৈয়ে। মরম অসিনা, অরাবা ভারৎদসু, মুন্ডায়রবসু, রাম সোননি লে সোলি, কৃষ্ণ সোননিংলে সোলি, গৌরাঙ্গ সোলনিংলে সোলি। মীতৈ ঐখারসু রামান্দী গৌরধর্ম চৎত্রিবৈদদি,—লাই-নিথৌ, লাইরেম্বী ইপা ইপু পোকপা অসুমা হায়দুনা সেমরমমি। হৌজিক অসিগী ময়াংগী লাইনিং লমচৎ জৌরুবনা, ময়াং সোসিনা লাইসান সোম্মে, 'হরে কৃষ্ণ' গৌরহরি হ নারায়োণ হায়বা লাইসানসিনা গৌরধর্ম্ম চৎলিবা ঐখোয়না সোনজরিবনি। ময়াং মচানগী লাইসোন ওয়রবসু হৌজিকী মতমদদি মীতৈ ঐখোয়গী সিংলি তাংলি পুম্মকতা চুপ্ৰবনি। অতুমনদি চুরগা মীতৈ অয়াম্বনা খংবদদি মথ খিদ্রে। খংদ্রবদি খনবাদি থোকদ্র। ময়াংগী মরোন খংদনদি ময়াং মচানগী লাইসোন হংবা ঙমদে। ময়াং মরোন হায়বসিনা ইমা পুকনুংগী

লোন নতবনা তমুবদা ওনথোক্লা অবাবা থৌরম অমনি চামগী মসুংদা বনাগুম্বা লাইবক ফবা অমা অনিতনা চারম থকলম থদনা, মমুম মকৈ থাদোকহনা ওস্মুবহুতনা ময়াং মরোন খংবা ঙমমি। অহুস্ন চপচ.ন খংবা ঙমম্বি। চুমনা লোননরিবা মরোন সিমকস্ন খংবা ঙমনখিদ্রি। লাইনিং লম্বিগী ঋা হায়বসিদি ওন-থোক্লা মসুং হুনক্তিনগ্রবা ঋানি। মসিবু ময়াংলোন খংদবা মীতৈ ঐখোয়না লোইনা থঙে হায়রহুনা নাপন তৌফম থোকতে। মীতৈ-রোনদা সোনবা ল ইসোন ওইরবদি ওনথোক্লা থুনা খংভম থোকই। মরম অসিনা হৌজিকী মতমদা থননগদৌরিবা ৱাথনদি, ময়াংগা লাইনিং লম্বী তিনরগা মীতৈরোননা লাইসোন সোনবদা মীতৈ অহুবু 'নাস্তিক' ওইফম থোকপ্রা, থোকতব্রা। ময়াং মরোননা 'নাস্তিক' হায়রিবসিদি মীতৈরোনদা হায়রগা লাই হায়বহু ইয়া য়াদবা মী অহুবুনি।

২১। লম্বিদি তিম্নরগা মীতৈরোননা ল ইসোনবা য়াদে হায়বসি লৈরোইদমাল্লে। তৌনখিদবা মরমদগী কোইগ্রে হায়বদি য়াজনিংঙি। গৌরধর্ম্মসি মীতৈ লৈবাক্তা চৎহললমবদি নিংথোরেন ইবুঙো চিংথ খোম্বনি। ইবুঙো মহাকমক্লা মীতৈরোন লোনগমু হায়বা য়াথং তৌরমম্বি হায়বা তাজবা লৈতে। ইবুঙো মহাকমকনা মীতৈরোন না লাইসোন সোনবা য়াদে হায়হুনা মীতৈ পুম্নমকপু খিঙমমি হায়বা য়াথংসু তাজবা লৈতে। অথোইবা নিংথৌনি; ৱায়েন পথাপ কায়না চৎলমগনি হায়বা নিংজদে। মীতৈরোননা লাইসোন য়াদে। হায়বা বাসিবু মরম ইলৈ লৈতনা হায়রমলবদি ভুংদা

লৈবাক মরাং হৌগদবা মরম য়াম্না লৈ:গ্র। মসিমকন্থু কনাগী হাক্তক্তগীনে। থিবদি থোকপনি মমা পুকমুংগী মরোন হায়বসিদি মমং-মহা, সিংলি ভ'ংলি; তুরৈ ভুখোং কাওবা চুপ্রবনি, মহুবু মাঙি হায়রবদি বাকাই য়াম্না লাকপা থোকই। মরোন মাংলবদি মপা মপুবুন্থু মাংভি হায়বা বানি। মপা মপুনা অমাংবা ওইরবদি মচা মন্থুদি করমনা অশেংবা ওইগদৌরিবা। অতোপ্পা ফুরুপকী মী অমনা মীতৈরোন মাঙি হায়বদে ভু.দা হায়জবনি। মরোন ইরোন তিনরিবা লমচৎ তিনরিবা, হৌভম সাংফমন্থু তিনরিবা ফুরুপ অমতগী মী অহুনা মরোনবু মাঙি হায়বদো মপা মপুগী মফমদা সোয়দনা ল জরবনি। মসামকনা হায়বদি থমলদনা, মীনা হায়বা থাজরুদনা ম রানবু মাঙি হায়হুনা খল্লুরবদা ভনথোকমা চাওপ্রবা লংজবা অমা ওইরিবনি। ইরোনবু ইতোমভনা মাঙি হায়বা বাসে, চিন-য়া সোকপা বানি। লাই ওইপ্রবা ইপা ইপুবু ইরোননা কৌজরবদি তাবিগনি হায়না নিংজৈ। করিগীনো হায়গনি, —ইপা ইপু শিংদো মীতৈরোন লোনদনা নোংগাপ্রবনি। ইপা ইপুনা লোলম্বা মরোনহুদি লাইরোননিবু হায়জনিংঙি। ইপা ইপুশিংহু লৈবমক্রবদি ঐখোয়না হৌজিককী মতমদা মীরৈবাককী মমাংদা, মীতৈ হায়হুনা উৎপা ভমজরোইদবনি। মীতৈ ঐখোয়ভনা ইপা ইপুশিংহুবু লাইনি হায়হুনা হায়জনিংঙি। মহোইগী বারি তারগা য়ায়ফবা হায়বহু ওইগনি হায়না থনজৈ। ইবুঙো ইবে-মশিংনা, থোইনা হেননা থংবিরিবমি,—হুন্তিনা হায়বা লৈপাক্লা জন্মেজয় কৌবা নিংথৌ অহুনা মপাবুংবু লীননা চিকভনা

লিখিবা মরমদগী, মুক্তায়তহুনা ইরাং অচৌবা অমা তৌখি।, লীন পুন্নমকপু কৌথহুনা হাংখি। মহুগী লংজবনা, মপুং ওই-খিদ্রনা মসদা লাইথু পানখি। সংগায়নচিবা পুন্নমক নিখি। শুগোল শামু মরাই তাখি। লনথুংগী পৈগ ময়েং তাখি। খুদম পুন্নমকসি ওইরকলবা মতমদা জন্মেজয় নিংথৌনা পাম্বৈ লাম্বা ফংখিত্রদনা লাইনিং অহনশিংগী নাবতা চংজখি। লাইনিং অহনশিংনা মপা মপুনা তৌখিবা কুমৈ পুন্নমককী ৱারী তারবদি লংজরবা খিবিক কেকনী হায়হুনা হায়দ্রিবই। লাইনিং অহনশিংগী য়াথং মতুং ইন্দুনা, জন্মেজয় নিংথৌনা মপা মপুশিংনা তৌখিবা কুম্মেগী ৱারি তাখি। মপুথৌশিংগী ৱারি অহুবু তাবা হেক লোইবদা লংজবা খিবিক কোক-খিদনা লাইজ তুরেনগী ঈশিংগুম্না শেংজখি। লাইথু লাইনা কেকতখি। পুগৈনচিবা চাওখৎলি। লাইনিং অহনশিংগী মফমদা ৱারী তাখিবদগী মপুথৌ মবেনথৌনচিংবগী হৌভম সাংখম থুংদনা মুক্তায়বগী ঈপাক্ত তাওখি। জন্মেজয় নিংথৌনা তাখিবা ৱারী মপুং-অহুনা লাইরিক অচৌবা অমা ওইখি। লায়রিক অহুবু মহাভারত হায়না খোনখি। জন্মেজয়না ৱাৰিসিবু তারম-ল্লবদী অমম্বুং লায়নিং অহনশিংনা লিরমত্রবদি মহাভারত হায়রিবা লায়রিক, অচৌবসি তায়বং পানুবনা থংনরমমোয়দংনি। মরম অসিনা ইপা ইপগী ৱারী খিবা থোকই। ইপা ইপগী ৱারি তারবদি লংজবা ৱোকনি। অমম্বুং মীন লাকচবা ঙংলরোই। কনাগুম্বা অথংবা অহৈবা ইবুঙৌশিংগী মনাক্তা চদ্রনা খুনবা

মতাং ওইরে। করিনা, ময়াংগী লাইনিং অহনশিংনা লেংখিবা শাস্ত্র, পুরান খিবিক্তা মীতৈ ইপা ইপুগী হৌভম ৱারি লৈরে হায়বসি, হৌজিককী মতমগী অথংবা অহৈবা ইবুঙোশিংনা ইরাং অমা উনরক্লে। শাস্ত্র, পুরানদা হায়রিবসিগা মীতৈ ইপা ইপু হৌভমগী ৱারিগা তিন্নরবদি ঐখোয়গী ওনখোক্লা লাইবক ফবা ওইগনি। তিন্নরমত্রবদি থবক পুন্নমক ইনৌ নৌথবা তারি।

২২। চয়োন তরেংকী ৱারী—লাইনিংথৌ সোরারেনগী ৱারী অমসুং সনামহী, পাথংবা হৌরকপগী ৱারী; সনামহী পাথংবদগী হৌরকতুনা য়েকসলাই হায়বসি থায়রকতুনা হৌজিক কাওবসিদা মীতৈনা য়েক সলাই থায়না লৈরিবসিনা মীতৈগী হৌভমগী ৱারীসিনি। কনাগুম্বনা অখোইবা ৱারি থংবা লৈরবস্তু মীতৈ হৌভমগী ৱারিসিদা থেংচিনগনি। লিমোন মচা মথাম্না তিঙহনা তারগা থোৱী অচৌবা অমা অতুনা শামু পুন্নরিবনি। অতুগুমদনা মম্নাম্না তারকপতুনা পুমশিন্নগা ৱারী মপুং ফাগদৌরিংনি। ৱারিনি হায়তুন উতায় পরেং চাত্রবদি উগা ৱাগা শম্নবগুম্না থোকই। মতুবু হেকত্তা শোংথংলুবা য়াদে। মীতৈ হৌভমগী ৱারিসি হায়নরকপদা কনাগুম্বনা হায়—মীতৈ লৈবাকসি 'মহাদেব'না সেম্বনি। 'মহাদেব'গী ত্রিশূলনা চিংমুং হুৎতোকতুনা ইসিং চেনথহনখিতুনা লৈবাক কাওগৎহনখি। অতুদগী মহাদেবনা চিংথক্কী তাংখুল হাও মচু পুথরকতনা লৈপাক অমা সেমখি। তাংখুল হাও পুন্নমকপু মহাদেবনা হরি সোন্নু হায়তুনা তাকখি। 'হরি' হায়বসি থোক্ক-দনা 'হোই হোই' হায়খি। অতুগী তুংদা হরি হরি হায়বসি

থোকখি। অদুনা তাংখুল হাও হায়রবা মীতৈগী মপা মপুনিং মীতৈনা হৌরকপবু মতৌ অদুম্না হৌরকপনি হায়দুনা কনাগুম্বা অথংবা অহৈবা ইবুঙোসিংনা হায়নরি। ৱারীসিবু অচুম্বরা, অসেম্বরা হায়দুনা বায়েক চঙকপা মতমদা কনাগুম্বনা য়েংখি। 'মহাদেব' হায়রিবা ৱাহৈদি মীতৈরোন নত্তে 'সংস্কৃত'স্থ নত্তে, ময়াং ৱোনরি; সংস্কৃত ওয়ররদি 'মহাদেব' বিসর্গ য়াওগদবনি।

(ক) মীতৈ হৌভম ৱারী হৌরকপমকতদা ময়াং ময়োন য়াওরবদি থত্রক অমা লৈরে।

(খ) তাংখুল হাওদি মখোইগী লোন্নি। মীতৈরোনসিদি কনানা মখোইদা তম্বিবনো? সোইদনা মহাদেবনা তম্বীভম থোকই। অদুদি,—মহাদেবগী ময়োংলদি মীতৈরোনসি ওইবা তারি। অদুনদি, মীতৈ হায়বসি লাইরোন তাংখুল হাও ওইগনি।

(গ) 'হরি' হায়বা ৱাহৈসিদি ময়াং ময়োন্নি। মীতৈরোন লোন্নিবা মহাদেবনা করম্না থংভম থোকপা? মহাদেব হায়বসি ময়াং ওইরবস্থ মীতৈরে না য়াম্না সেংনা হৈরম্বা তারে। অসিনচিংবা য়েংকনা লম্বিসি ৱাবিসিগী মসাদা য়াম্না লৈরে। য়েংকম লম্বিসি য়াম্না লৈবা মরম্না ৱারীসি অসেম্বা ৱারীনি হায়বসি অসেংবা য়ানি। মরম অসিনা ৱারী অসিগুম্বসিদি উগা বাগা সম্বা হায়বদু থোকই মসিবু মীগী মমাংদা পুথোকতুনা লীক্লরবদি মীগী নোক্কম অমনি। মীতৈনা লাইপাংগনবা হায়বদুবু ময়াংনা মহাদেব হায়রিবসিনি হায়দুনা কনাগুম্বনম্থ হায়রৈ।

২৩। হৌজিক্কী মতমদা মীতৈনা লোন্নরিবা লোন অসিদা ময়াং মরোন্না নমলে, গুরু, শিষ্য, সেবক মতিক মগুণ অসিভুম্বা ব্লাহৈসিনা মপুং ওইরে। মাইবা মাইবীনা ল্লাইরোল হায়বা লোইরগা হ:র রাম, হরে রাম অস্তুমনা হায়না লোইসলি। মীতৈরোন্দ ময়াং মরোন য়ানখিবসিবু করি মরমদগীবো হায়দুনা খিনরকপরা, মীতৈনা তিমরুবা মরুপ অদুগী মঙান্দগীনি হায়বসি অরেপ্পা রানি। অমদি, তিমরুবা মরুপ অদুনা মীতৈদগী হেনখিবা, মীতৈনা মখোইদা পবচক্কবগুম, তাংজক্কবগুম অমতা ওইখিবননি। অদু নৎত্রবদি অতোপ্পা ফুরুপ অমগী মরোন্বু অতোপ্পা অমদা চোংসিনবা হৌনদে। মীতৈ মরোন হায়বসি য়েলহৌডদগী ময়াং মরেনগা তোরোৎনরকপ্র হ.য়বসু, মচিন্ডদা লোমরম্বা মীতৈরোন্দদি ময়াং মরোন মচেৎ অমতা য়াওদে। মরম অসি নৈবা অসিনা, মীতৈরোন্দা ময়াং লোন য়ানসিনখিবসি মরকতগীনি হায়বসি থাংগৈ সেংলগা রানি। হৌজিককী মতমদা চৎনরিবা, হ্য়নরিবা থোগন লে ন্দি—"আজ্ঞা ইবুঙোগী শ্রীচোরোন্দা তোল্লবা ননাইনা নম্রাভক্তিগা লোইনদুনা নি:বদন প্রার্থনা তৌজৈ। আজ্ঞা ইবুঙোনা কৃপা পরবশ ওইবীদুনা দাসগী অনুদাস ওইরিবা ননাইবু গ্রহণ তৌবীদুনা সফল মনোরথ ওইহনবীগনি হায়রা আশা তৌজৈ ননাইবু চারিধাম পরিক্রমা তৌবো হায়দুনা আদেশ তৌবিরবসু দন্তে তৃণ ওইদুনা আদেশ পালন তৌজগনি।" অসিনচিংবা রাহৈ নিংখিবসিনা হৌজিক্কী মতমগী চৎনবী ওইরিয়ে। হৌজিক্কী মতমগী অথ:বা অহৈবা ইবুঙোসিংনা মীতৈ হৌভমগী

ৱারী লাইরিক লৈ হায়রহুনা হায়রি। তাবদা ওনথোকনা মুংঙাইরে। লাইরিকসিং অহুগী মসিংদি – ধরণী সংহিতা হরিমরি পুরাণ কৌরি হায়না হৌইরি লাইরিক মসিং হেক তাবদা ওন্থোক্লা তনথখি। করিনা—অসোমদদি মীতৈ হৌভমগী ৱারীনি হায়রগা লাইরিক মসিংদি ময়াং মরোনগী মিংথোন ওইরমমে। অসিনদি লাইরিক পুম্নমকসি লেংবা কুইদ্রি হায়বসি অতাংবা ৱানি। হৌজিক্কী মতমদা তৌরকলিবা ইরাংসিনদি মতম অমদা মীতৈরোন য়াওরগনি হায়বা উদে। ইরাং পুম্নমকসি উনরকলহুনা মচিন্‌ঙৈদা ওনথোকনা হেৎননা কৈজরম্বা ময়াং পুম্নমকনা মীতৈগা মহোইগা লোনত্তিন্নরে, লমচংসু তিন্নরে, চারৌ মোরৌনব' য়ারি হায়রহুনা মথোই কন্না হায়নরে। নবদ্বীপ-মচিংবা লাইফমগা চংলুবদা মীতৈ ঐথেইসি ময়াংগী মথুৎ চারকলবমকতনি। লাইফমদা চাক থোংলিবা ব্রাহ্মণ ঠাকুর অহুম্সু ময়াং শূদ্রনা সোকপা ঈসিং থকলিবনি। শূদ্রনা থোংবা হৌরাইদা থুম থাকতনা চারিবনি। ঠাকুর ইবুঙোদো, অমাং-সংদা চংলুরগা ফি তুমদ্রিবনি। লাইফম চংলুরিবা মী অহুবু ময়াংগী মথুৎ চাক্লরে হায়রহুনা র'য়েক চংলুবদা, লাইফম চংলুবা ইবুঙো ইবেমসিংনা খুম্মী--তীর্থদা বিচার লৈতে; অমাং অসেং থিনবা হৌনদে হায়রহুনা খুম্মি। অহুনা চুমসু ওইজরসনু থবক্তদি, তীর্থ চংলুবদা মীতৈ ঐথোয়না ময়াংগা তোরোৎনবা কমচৎ অনৌবা তমজরক্লবনি। কনাগুম্বা ইবুঙো ইবেমসিং অমনা হৌজিক্কী মতমদা ময়াং মরোন য়ান-য়ান্নরা ঙাংলবদি অথংবা অটৈবনি।

তৌরে। 'মহাভারত' অসিদা মীতৈ ইপা ইপু হৌভমগী বারী ওয়রবনি নহুষ দিংথৌশোইসি ঐখোয়গী ইপা ইপু ওয়বা তারে। নহুষ নিংথৌগী লাইনিংথৌ সোরারেনগা মরি মথোং থিরৈ হায়বসিদি থোইদোকপা তাদবা লৈতে। নহুষ নিংথৌসে অরাপ্পা পুরোনগী ওয়রবস্তু বভ্রুবাহন হায়রিবসিদি নকপবা ইপুথৌসিংনি হায়রুম। মীতৈ পুম্নমকনা হায়নরি। বভ্রুবাহ হায়বা নিংথৌ অহুদি 'মণিপুর' হায়বা লৈপাক অহুদা নিংথৌ ওইদনা পানখ্রী হায়রুনা হায়রৈ। বভ্রুবাহ হায়রিবসিদি জন্মেজয় নিংথৌখোইগী মপুথৌশিং থোরক্লে। জন্মেজয় নংথৌদি পঞ্জাব লৈপাকতা পানখ্রী মপুথৌশিংস্তু মকম অহুদা মথং মনাও নায়না পানখি। বভ্রুবাহবু পোকপদি, অর্জ্জুন হায়রিবা অকনবা ইবুঙোহুনি হায়রুনা হায়নরি অকনবা অর্জ্জুননা লৈপাক কোইবা লাকপদা মণিপুর হায়বহুদা গন্ধর্ব নিংথৌগী মচানুপী 'চিত্রাংগদা' হায়রিবহু লৌহনা বভ্রুবাহ পোকলমমি হায়রুনা হায়নরি। হৌজিক অসিদা মণিপুর হায়না খংনরিবা মীতৈ লৈবাক অসিদি মচিংঙৈদা মণিপুর হায়না খংনরমদে হায়রুনা অথংবা অহৈবা ইবুঙোশিংনা হায়রিয়ে। মণিপুর হায়বা লৈপাক অমা উড়িষ্যা হায়বা লৈপাক অহুগী খা পাংবদা ঐশিং ঐপাক অচৌবগী নাকতা 'মহেন্দ্র' হায়রিবা চিংজাও অহুগী মনাকতা লৈরম্মী হায়রুনা মফম অহুদগী হৌজিক ফাওবস্তু ক্ষেত্রী হায়বা ফুরুপ অহু মামা লৈরি। মফম অনিসি করম্বনা অওইবনো হায়রুনা থিনরকপদা, লাইনগী থুদম লৈবা মফম অমসুং হায়নরকপদা উতাই চাবা মফম অহুনা অওইবনি হায়না লেপনৈ।

(ক) মীতৈ লৈবাক অসিবা মণিপুর হায়বহৃ ওইরমলবদা অমসুং বক্রুবাহ হায়রিবা নিংথৌ অহুনা পালমলবদা, ইবুংঙো মহাকৃতি অচৌবা নিংথৌমি, মপা মপুনা তৌরম্বা চৎলম্বা পুন্নমক্কী কীদম থরতং লৌরোইদবা লৈতে। মপা মপুদি সংস্কৃত মরোম লোলমমিবনি মহাকন্থু থরতংদি হৈরমগনি। মীতৈ লৈবাকতা সংস্কৃত মনম খজিকতং কাওবা লৈরমদে।

(খ) বক্রুবাহগী মপা মপুদি ব্রাহ্মণ ঋষিগী মখা পোলমং-মিবনি। মীতৈ লৈবাকতা ব্রাহ্মণ ঋষি লৈরমদে।

(গ) বক্রুবাহ হায়রিবসি সংস্কৃত মরোনগী মমিংনি। মীতৈ লৈবাক্তা নিংথৌরোন পুন্নমক্কী মমিং সংস্কৃত মরোননা থোনরমদে। মীতৈরোনগী মমিংমকতা লৈরম্মী। মীতৈ লৈবাক্তা ক্ষেত্রী নিংথৌনা পাল্লম্মী হায়বা থ মকম খুদম করি অমতা কংদে। বক্রুবাহগী হাকৃতি থমলংবা রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম অনিসিনা মীতৈ লৈবাক্তা তারক্রিঙৈদা। ময়াং মরোনসি মীতৈ লৈবাক্তা সুপনৈ লৈরমদে। মরম অসিনা মীতৈ লৈবাকী লাইরিক হৈবা ইবুঙো ইবেমশিংনা, মীতৈ লৈবাক্তা ক্ষেত্রি নিংথৌ বক্রুবাহনা পাল্লম্মী অমসুং মীতৈ হায়বসি বক্রুবাহগী মচা মগুনি হায়বসিদা মরিক অমতং থাজবিবা লৈথিদ্রে। রামানন্দী, গৌরধর্ম্ম চৎলকপসিদা মীতৈ ঐথোয়গী মিংথোনসি ময়াং মরোনগী অনৌ অনৌবা কামিনী, ধনণী, অশ্বিনী রেবতি, যমুনা, রমণী অসিনচিংবা মুপীগী মিংথোনসি নিপা মরূপকী মমিং ওইরকলে। মসি পুন্নমকসিবু মথকতা কাখংহুনা মাবনা হায়রহৃবা, মখাদা কুমথলনা মাবনা হায়রহৃবা

পুকচেল চাওরা ইবুঙো ইবেমশিংনা খংবিগনি।

২৫। (১) মীতৈবাকী মীনা কুপশিননা থিনবকপগী ;

(২) মীতৈ লৈবাক অসিনগী মচিঙৈদা (খাগেম্বগী মরাংদা) মণিপুর হায়না খংনবদবগী ;

(৩) মহাভারততা হায়রিবা ক্ষেত্রীশিংগী মওং সকতবগী, মীতৈশী সকা মচেং অমত্তং মানদবসিগী (দেখছিল মনচিত্ত ইত্যাদি) ;

(৪) ক্ষেত্রীশিংগী মখোনগী মীতৈগী মখোনগী ভাইমবা মানদবসিগী ;

(৫) মীতৈবাককী মীনা হঙকপদা চক্রবাহগী মচা মওনি হায়দুনা খংনীকম খুনম অমত উৎপা ওমজদবগী পুয়মকসিগী খন্দ্রবদা পুকনিং ওনখোক চিনরে। লুসো মাওদবা লুগী মতম ওয়ংখ্রে। মীতৈ ঐখোয়বু পকচরক্, ভাজরকরা, হায়দুনা পুকনিংদা লিংজিংবা পোকলে। মীগী ফজবা মমা মপাবুনি ঐগী ওয়াংগে হায়বা য়াদে। ফজরবতু খিবু লিরবতু ঐগী ইমা ইপাকো ঐনীনি। ঐভশীদি লাইবনি। বভ্রবাহগী মচা মওনি হায়বসি অঙক থমজিন্দনা মীতৈ ঐখোয় অসিবু, লাইনিংথৌ সনামহী, লাইনিংথৌ পাখংবগী মচা মচুনি হায়বসিদা কত্তামুক লৈখা ভাবগদগে। য়েকশলাই হাবিবনি পাখংবা, সনামহীনা পোকবা ওয়রবতু মখোয়দগী হৌরকপনি। পাখংবা সনামহীগী মচা মওনি হায়বদিদি লাইবা ওয়রদুনা লৈরবনি। মসিবু উৎ বায়না খুমদনা খঙ্গা য়াবা নত্তে। সনামহী, পাখংব হায়রিবসিদি লৈসেম্বকপদগীনি;

বভ্রুবাহ হায়রিবসিদি, 'অমরোমদা হায়রগা ওয়াংদগীনি। বভ্রুবাহ পোকত্রিঙৈ অ': মযাংদগী লৈরবা মীতৈনি। পাখংবা সনামহীনা হৌরকপগী ৱারীসিদি 'মহাভারত' দি মুপয়াও য়াওখিত্রে। লম্বি অনিসি তোঙান তোঙানবা ওয়বা তারে। মরম অসিনা, মহাভারত হায়রিবা অচৌবা লাইরিকসে মীতৈ ঐখোয়গী ইপা ইপু হৌরক-পগী ৱারী অদুমক্তা ওয়রোইদমালে। মহাভারতপু লাইথোকচবগী ৱানতে, অরুবা লাইরিকনি। তেংবানবগী মপুগী সায়োম্নি হায়রিবা কৃষ্ণ ইবুঙো অদু য়াওনা সানথ্রবা কুমৈগী পুয়া অচৌবা অমনি। তাবগী অপেনবা নায়দে, মসিমক্তা ইপা ইপুগী ৱারী তারগা লংজবা কোকই হায়বদু অদুমকনা থোকলরোইদমালে।

লোইরবা



